# অতোনবা জীবগী রচনা



ইরুবা
শ্রীকালাচান্দ সিংহ

ফংফম
ওঃ কেঃ স্টোর
পাওনা বাযায় রোড,
ইম্ফাল।

মমল লুপা ১'৫০

# ৱাহৌদোক

“**অতোনবা জীবগী রচনা**” হায়বা লাইরিক অসি মরুওইনা শা-ডা, উচেক অমস্তং মখল মখা অযাম্বা তীল-কাংগী মরমদা ইবা লাইরিক্নি। মসি মরুওইনা অঙাংশিংগীদমক অরাইবা মওংদা ইজবনি। চাউরাক্লা রচনা অসি ৱাহৈ ৭১৫৫ নি। হায়রিবা বিষয় অসি মতৈ ঐখোয়গী ইরোম্দা ইবা থোইনা থেংনজদ্রি। পৃথিবীগী যাওনগী মতুংইন্না অতৈ-অতৈ ইংরাজীনচিংবা লোন্দদি ইবা উরে। মরম অসিনা অঙাংশিংগী লৌশিংগী পাঙ্গল ওইননবা ঐখোয়না খঙজবা অমস্তং চাং যেংজরবা খরা অতূগা অখণ্ড-অচৈবনা ইরম্লবা লাইরিক কযা-মরুমগী মতেংদগী হায়রিবা রচনা লাইরিক অসি ইজবনি। মসিদা শিক্ষা-বিভাগকী সাহিত্য-প্রেমী অভম্নশিংগী মিংযেং চিংশিঞ্জরি। লাইরিক অসিদা যাওরিবা চিত্র পূম্নমক ঐগী ইচা এল: মঙ্গী সিংহনা য়েকপনি।

লাইরিক অসি খৃ: ১৯৬১ গী চিলড্রেনস বুক কম্পিটিসন্দা মরিশুবা মনা ফংলবনি। মসিগীদমক ডিপার্মেণ্টনা পব্লিকেসন গ্রান্ট ওইনা লুপা ৩০০ সু পীবি, মসিগীদমক ধন্যবাদ তৌজরি।

—কালাচান্দ সিংহ।



# হীরম-লামাই





# অতোনবা জীবগী রচনা

## শাগী লৈবাক

শাগী সংসার অসি অঙকপনি। ঐখোযগী য়াখল্লা খনবা ভুম্বদগী যোইদোক্লা তোপই। শন্না হাযববদা কুল্লাক অমগী পুন্সিদা করম তৌনা ওইরকপাগে হাযবত্রু যেংসি। অহানবদা মক্কম ওইনা কোকহ। অদুদগী তিলখাঙ্কী মওংদা ওইরকই। মতুংদা মওং শাংতক তৌবা অমা ওইনা মফম অমদা লেংদনা লেখি। মমেগংদা ফজরবা মশা পানবা কুল্লাক ওইদুনা পাইথোক্লকই। অসুম তৌনা মখল-মখা অযাম্বা জীবাশংনা কংফান্দা অসুং ঈশিংদা লৈরিবনি। মখোযশিং অসিগী মরমদা এখোযনা খল্লা খল্লা খঙবা নুংঙাইবা পূর্ন্স অমনি।

ভৌজিক কালগী বেজ্ঞানিকশিংনা হায়রি, মদু দ:—পৃথিবী অসিদা মখল-মখা অযাম্বা শা কোটি কোটি লৈরি। অসুক্কী মতিক পিক্লবা জীবশিংসু লৈরি। মখোয অদুদি যেংতুম মতোন্দা চামা-চামা হেন্না লৈবা যাই। অদুগা খ্বাহদগী চাউবা জীবসু লৈরি, মদুদি:—সমুদ্রদা লৈবা "শংবানবা তিমি" হাযবা জীব অদুনি। মখোয অসিগী অরুম্বদি টন চামদগী হেন্না লূমই অমসুং অহিংবা জাবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা জাবনি। জীব অযাম্বা অমসুং শাদি মফম অযাম্বদা ফংবা ঙমই। ১তম পূম্নমক্তা উন্না ফমজিন্দুনা লৈবা পৃথিবীগী খা অমসুং অরাং মেরুদদি তাংহ।

শা মখল-মখা অযাম্বা পৃথিবীগী লেমাই অসিদা লৈবনা অযাম্বনি। মসিদা নওুনা মথক-লোমদা মথারোমদা হাযবদি ঈশিং মখাদা মখল-মখলগী জাবশিং লৌরবনি। মখোয অদু সমুদ্র মখাদা মাইল তরেৎ ফাওবা লুনা লৈ। মগবাই হিংবা ঙমহ।

জীব মখল কযাসু লৈরি, মদুদি:—সমুদ্রগী মখাদা য়াম্না হেন্না শাবা, হেন্না ইংব, থুমহি ঙাক্তা ওইনা তৌবা মফংদা লে। মফম অদুদা ঙাইহাক্তং ফাওবা লৈবদা নুংঙাইবা ফংদবা মফম্নি। করিগুম্বা শানা মরুভূমিদা মতম কুইনা ঈশিং ফংদনা লৈবা য়াওরি।

বৈজ্ঞানিকশিংনা হায়রিবা শা, ঙা, উচেক-ৱায় পূন্নমক তোঙান-তোঙানবা কাংলুপ খাইনা মমিং থোল্লি। মদুদি :—(১) মখোম থকতুনা হিংবা জীব (২) উচেকী জাৎ (৩) মপুক্সা শিংতুনা চৎপা জীব (৪) ঈশিং কংফান অনিমক্তা লৈবা জীব (৫) ঙাগী জাৎ (৬) শরূ পান্দবা জীব অসিনি। মখোয় অসি বৈজ্ঞানিকশিংনা অঙ্গন্না মমিং থোল্লি—মেমেলস, রেপটাইলস, এম্ফিবিয়ান্স, ফিস অমসুং ব্রেসটেল অসিনি।

জীবাশং অমসুং পান্মীশিংগী মনুংদা অঙ্কী মতিক কুপ্পা যাওই। মদুদি মাইক্রোসকোপ (অকুপ্পা পোৎপু চাউনা উহন্নবা যন্ত্র) নত্তনদি চুন্নগী মিংনদি উবা ফংদে। মীওইবা জাতি লৈবিবা অসি-গুম্না শাশিংসু লৈরি। মখোয়গী মরক্তসু য়াম্ন শিংবা জীব য়াওরিবনি।

শাশিং আসগী মনুংদা য়াম্না চাউবা বেকবোন্স (যাংলেন শরূ) য়াওবা জাৎসু লৈরি। অদুগা য়াংলেন শরূ য়ওদবা কাংলুপসু লৈরি, মদুদি :—তীল, থরোই, মোইবুং, মি অসিনচিংবা আসনি। থরোই, মোইবুং অসিনচিংবা জীব খরা অসিদি মখোয়গী হকচাং কন্নবা শরূ অকন্নবা মশা পুন্নমক য়োমশিল্লি। অদুগা তীল, মি মখোয় অসিদি শরূ পান্দে। অদুগা শরূ পানবা জীব কয়াসু লৈরি। অদুনদি চাউরাক্লা জীব অচৌ-পিশক খায়দনা শন্না হায়রবদা মখল্ অনি শুই। মদুদি :—শরূ পানবা অমসুং পান্দবা অনি থোক্লা খায়দোকই।

ঐখোয়না শাগী মরমদা ৱারী শাবা মতমদা, শা পুন্নমকপু খঙনৈ। মাদু অচুম্বনি। ঐখোয়না শাগী চাংদন্নবা অসিগুম্না মতৈ-মরোংগীসু লৈরিবনি। করিগুম্বা মতমদা শা-উচেকী মরীদা ৱারী শাবা মতমদা খঙগদবদি মখোঙ মরি পানবা জীবশিং অসি মতুনা মশা পূম্বা কুপশিল্লি। মসিবু থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা মখোম থকতুনা হিংবা জীবনি। হায়বদি মখোয়গী মচাবু মখোম পীথকই। অদুনদি মখোয়গী কাংলুপ অসি য়াংলেন শরূ পানবা অমসুং অশাবা ঈ চেনবা শানি। মখোয় তসি মচা পোকপা জীবনি।

মখোম থকপা জীবশিং অসিসু মখল-মখা যামই মখোয় অসিগী মরক্তা উচি অমসুং বোম্না উচিনচিংবা অসি য়াম্না পিকপা জীবনি অদুগা আফ্রিকাদা লৈরিবা খ্বাইদগী চাউবা শামু অসি টন মঙা-তরুক হায়বদি মণ ১৩৫ দগী মণ ১৬২ ফাওবা লূমই। হায়রিবা শামু অসিগা তিমি কোবা অদুগা চাংদন্নবদি য়াম্না পিকই। তিমিশিং অসি মচা পোকই, চাকখাউ পাল্লি।

মখোম থকতুনা হিংবা জীবশিং অসিনা মীওইবগী য়াম্না কান্নে। মখোয়না মীওইবগী চিঙ্গাক ওইনৈ। মখোয়গী মঙজ অমসুং মতুনা কি ওইনা পীজিন্নে। মখোয়গী মরক্তা শগুপ শাইদুনা

হিংবা জীব য়াওরি ; মদুদি :—ষণ, চামেং, উট অমস্তুং য়াউ অসিনচিংবা। মখোয়শিং অসিগী চাকখাটশিং অসি অতৈদগী তেন্দোকই। চায়বদি মখোয়না চাখিবা পোৎ অদু কাবক-কাবক শায়রগা য়োৎশিনখি। অদুগা মখোয়গী পুক্কিং মুংঙাইবা পোত্থাবা মতমদা, মপুক মনুংদগী চাখিবা অদু অমুক ওথোকতুনা কুপনা শাই। মতুবু শগুপ শাইবা কৌই। মখোয়না উবা ফংগনি, ষণনা শাগুপ শাইবা মতমদা মবুক মনুংদগী য়াউম অমা পুথোক্লগা শাইবনি। কুপ্না শাইবা লোইরবা মতমদা অমুক য়োৎশিনখিবনি।

অদুগা মখোম পকপা জীবগী মনুংদা মখল খরস্তু লৈরি। মদুদি—মখোয়না চাখিবা চিঞ্জাক অদু মপুক থল্লবা ফাওবা তেন্না চাশিনবা য়াই। মখোয় অদুগী চিঞ্জাক থল্লবা মফম লৈ। মদুদি য়োংনচিংবা শ খরদি মখোদা অচাপোৎ থৈদোকতুনা থম্বা ঙমই। মপুক লামলগা মখোদগী অমুক লোথোকতুনা চাই। অসিগুম্বা জীবশিং অসি মশক থিগল্লি। মদুদি—য়োংজাউ, গরিলা অসিনচিংবা। অসিগুম্বা জীবশিং অসি হরা মুংশিং খুদিংমক্তা ফংই। মউন থাবা, মতু য়াম্না কুংনা হোবা জীবশিং অসি য়াম্না ঈংবা মফমদা হিংবা ঙমই। য়াম্না শাবা মফম, মরুভূমিগুম্বা নত্রগা অশোংবা জঙ্গলদা হিংবা ঙমই।

মথংদা উচেক্কা কাংলুপ অসি য়াংলেন শরু পানবা জীবনি। মখোয় অসিস্তু মখোম থক্কুনা হিংবা জীবগুম্না স্বর হোল্লি। ঈ অশাবা চেল্লি। মখোয়গী ঈচেনগী মরমদা চায়বদি মিহুন ঐখোয় মীওইবদগী হেন্না থুই। মখোয়গা শাগা চাংদম্নবদা মখল মরি থোকই ; মদুদি—মশা পাল্লি, মতু হৌই, মচিন পাল্লি অমস্তুং মরুম ওইনা কোকই।

মতু পাল্লিবা অদুস্তু শাগা মান্নদে। খ্বাইদগী চাউবা উচেক্কী মনুংদা উট পক্ষী চায়বা উচেক অসিনি। মহাক অসিনা লেপথংপা মতমদা ফুট ৭ বাংই। লুম্বনা পাউণ্ড ৩০০ রোম লুমই। পাইবা মতমদা য়াম্না চাউই অমস্তুং লুমই। য়াম্না পিকপা উচেকস্তু লৈরি, মদুদি—পেবেৎ, উরিৎ অসিনচিংবা। ফজ-ফজরবা উচেক কয়া লৈরি উচেক ইরৈ-লৈতবা পৃথিবীগী মফম কয়াস্তু লৈরি।

মথংদা তৌজিক মপুকনা শিংতুনা চংপা জীবগী মরমদা চায়রগে। মখোয় অসিস্তু য়াংলেন শরু য়াওবা স্বর হোম্বা চায়বদি মপান্দা, ঈশিং মনুং নত্তবদা স্বর হোম্বা জীবনি। মখোয়গী ঈদি অইংবা চেল্লি।

মখোয় অসি অইং অশা মান্নবা মফমদা পামই। মরমদি য়াম্না শাবা মফমদা লৈরগা য়াম্না হেন্না শাগল্লি। য়াম্না ইংবা মফমদা লৈরগা হেন্না ইংশিল্লি। মরমন অসিনা অইং অশা

মান্নবা মফমদা মখোয়গী লৈফমনি। হেন্না ইংবা মফমদা মখোয় লৈবা মুংঙাইতে। মফম অদু হেন্না ইংলক্লবদি অতোপ্পা মফম অমা যেংদুনা চৎখি। থাগী নত্রগা চহি ওইনা হোংদুনা হোংদুনা চৎলি। য়াম্না ইংবা মফমদসু লৈবা ঙস্বা জীবশিং লৈরি মাদুদি লীল, চুম অমসুং গুন্তীর অসিনচিংবা।

ঈশিংদসু কংফান্দসু লৈবা ঙস্বা জীবশিংগী মরমদা খরা হায়রক্কে। মাদুদি ঃ— হঙেঙাই, থেঙ্গু অসিনচিংবা। হঙেঙাইগী পূন্সি অসি ঙা অমসুং মপুক্লা শিত্তুনা চৎপা জীব অনি অসিগী মংক্তা লৈ। মখোযগী অহানবা পূন্সিসি ঈশিংদা লৈ। ঙাগী মতৌগুম্না মশাই অমসুং মশাই-গুপকী গাইম্নিনা নুংশাস্বর হোল্লি। মসিগুম্না পূন্সি অসি ঙাচক কৌই। খরা চাউরক্লবা মতমদা থবোম্বী পাল্লকই। মতম অসিদদি কংফান্দা লৈরে। স্বব হোনবগী থবকসু থবোম্বী অমসুং উনশানা তৌই। মশাইগুপ অমসুং মমে কেনখ্রে হায়বদি মাংখ্রে।

ঙাগী মরমদা খরা খঙগদবা ওই। ঙা মখল মখা যামই। থ্বাইদগী চাউনা সমুদ্রদা লৈবা ঙা জাত্তি চাউরাক্লা ফুট ৫০ রোম শাংই। টন যাম্না লূমই। মখোয অসি অচৌ-অচৌবা পোং থুগাইবা ঙমই। অমরোমদা যাম্না পিকখ্রবা ঙা জাৎসু লৈরি, মাদুদি—ঙানপনচিংবা।

ঐখোযনা লৈরিবা লৈপাক, সহর অসিনচিংবা মফমদা শা, ঙা কযামরুম লৈরি। মসি উরগা নিংথিনা মখোযগী মরমদা খরা খঙবা ঙমগনি। স্কুল-লাইব্রেরী ক্লবনচিংবা মফমদ শা ঙাগী মরমদা ইবা লাইরিক কযামকুম লৈরিবনি, মদু যেংলগা নখোযগী পূক্লিং লৌশিং ওইগনি। নখোযনা মখোযগী মরীদা নিংথিনা যেংলবদি মতুংদা যাম্না নিংথিনা খঙবা ঙমগনি।



# আফ্রিকা লৈবাক্কী অঙকপা শা

আফ্রিকা মহাদেশ অসি অতৈ লৈবাক্কা তরবা মুংশিং মাগ্নদে। অদুগা লৈবাক অসিগী চীং, তুরেল, গাংম্মু থোইদোক হেন্দোকই। মরম অসিনা শা, ভাম্মু খ্বাইদগী তোপই। হাযবদি অঙক অঙকপা শ, ভা, ঢ়েক লৈ



কেন্যাগী নাপীগী লমদা আফ্রিকাগী এনটিলোপ কাংবু

শা, ভ তানবা গীনা মফম অসিদা যাম্না চৎলৈন। চহি খুদিংগী শাদানবশিংনা শা তানবা চৎলি। মফম ('.-5 মখোযগী মরক্তা "কুজর নেসনেল পার্ক" কৌবা অসি অফাওবনি। অফ্রিকা, অসি শা-ভাগী অঙকপা মফমনি হায়না মমিং চৎলি।

আফ্রিকা হায়বা লম অসি এনটিলোপ কৌবা শজি জাৎ অসিদগী ময়ুমনি হায়বা য়াই। মখোয় অসি মচি পানবা শগুপ্ শাইবা অমসুং মগা পোকপা শানি। মখোয় অসি য়াও, হামেং অমসুং ষণগী জাৎমকসু নত্তে। শজিগুম্না মচি মরোং-মরোং লোংবা জাৎসু নত্তে।



খা আফ্রিকাদা ফংবা খ্বাইদগী চাউবা শাদি এনটিলোপ কৌবা শজি অসনি। মখোয় অসি ষণ-লাবমুক চাউই। মশা য়ামনা হকই। মচি নাননা পাল্লি। মথা পাল্লি, পোৎ-চৈ চিংবদা শীজিন্নে। আফ্রিকান লংফে চৎপা মীনা মখোয়বু তাল্লি।

নোংপোক আফ্রিকাদা মখল মখা অযাম্বা মচু লংঙ্গা জাৎ লৈ। লৈবাক অসিগী মখা থংবা সুডান, সেনেগাল, নোংচুপ আফ্রিকাদা লৈবা মপাঙ্গল কনবা এনটিলোপতি ফুট ৬ লোম ৱাংই।

হৌজিক অচৌ অপিশক মথং মনাও নাইনা অমসুং মতু অভোবনা শাংনা শাংনা লাংবা এনটিলোপকী জাৎ হায়রক্কে। মখোয় অসি মণ্ডন যাম্না গোৎপা, মতু কুপ্পা, মখল মখলগী এনটিলোপ ভাকুনি। মখোয় অসিবু "কুডু" হায়না খঙনৈ। মখোয় অসি য়াম্না চাউবা অমসুং অপিকপা জাৎ লৈ। য়েংবদা যাম্না ফজ্জ, চৌং-লেমই। ল'বতনা মচি তৌই। মচি অদু মৌবী মৱাগুম্না খোই। অপোইবগী মতুংইন্না ওল্লবদি ফুট ৬ লোম শাংই। অদুগা চুম্না ওল্লবদি ফুট ৪ ৱোম শাংহ। মরি মরি শাংনা লাংবা উই। মনা চাউই, মশোং পাল্লি। মথা পাল্লি, য়েংবদা য়াম্না ফজে।

সেবল এনটিলোপশিং অসিসু মশক ফজদবা নত্তে করিগুম্বা জীবনা মখোয়বু হাৎকে তৌরকপদা মচি অসিনা হাহ-হুমদুনা মথা কননৈ। মথৌনা ফবা শানি, ৱাইনবা মতমদা ইচং থোই। শিঙ্গ্রিবা ফাওবা হন্দে।

অশোকপা সেবল এনটিলোপতি য়াম্না শাথি মৱম অসিনা শাদানবশিংনা চেকশিল্লি। নোংচুপ আফ্রিকাগী এনগোনা কৌবা মফমদা তমথিরবা সেবলগী কাংলুপ লৈ। সেবলগা য়াম্না নক্কবা ৱোন কৌবা এনটলোপ কাংলুপ অমসু লৈরি। মখোয় অসি যাম্না চাউরবসু মশক্তি ফজদে অমসুং মচিসু পিকই। মখোয় অসি অতৈদগী তেন্ন মশীং যাম্না লৈ।

ওরেক্স কৌবা কাংলুপ অমসু লৈরি মখোয় অনি মচি শাংনা অমসু খোইনা হৌই। মথকলোমদা অমসুং তুংলোমদা তৌবা য়াওই। ৱাইনরকপা মতমদা য়াম্না শাথি মৱমদি মখোয় খুমাং অনিগী কারক্তা মকোক লোৎলগা মচি অনি অদুনা মমাংদা গিল্দোকই। অসুম্না য়াম্না কননা চেনশিল্লকপা মতমদা তা অনিনা থিনবগুম্না নোংশা ফাওবা ৱাইথাইবা ঙমই। মখোয় অসিগুম্বা এনটিলোপ অসি মরুভূমি অমসুং মরুভূমিগা জাইনবা লমদা ফংই। মখল মখলগী ঈশিং খোং মপান্দা লৈবা এনটিলোপশিংসু লৈরি। মখোয়গী মৱমদা গোইনা হায়রৱোই।

হৌজিক মচি গৌবা কাংলুপকী মনুংদা ইবোহ অসিসু অমনি। আফ্রিকাগী মনুংদা অঙকপা ইৱোই কয়া লৈরি। অচৌবা ইৱাই লাবনা ফুট ৫ ফাওবা ৱাংই। য়াম্না তমথিবা অঙাওবা অকনবা শা ভাকনি। মচী ফুট ৪ ৱোম শাংই। মৱাইবক অদু মচিতনা কুপই হায়বা য়াই।

মথৌনা এনটিলোপ কুমই, লমহুইগুম্না লৌশিং চাউই। ইৱোই শঙ্গু শঙ্গু লৈবা পামই। আফ্রিকাগী মথাগংবা শরুক সাহারাদা মথল-মখা অযাম্বা মচুগী ইৱোই লৈ। মচিসু মংল মখন্নি। মখল মখলগী ইৱোহ লৈৱবসু কাংলুপ খৱতবু লৌখৎলি।

জিরাফ হায়বা শা অসি শা পূম্নমক্কগী খ্বাই-দগী ৱাংবা শানি। মসি মখোংদগীনা কে ক্তোন ফাওবদা ফুট ১৯ লোম ৱাংহ। মসি খ্বাহগা মান্নদবা গোহদোকপা মওংনি। চেংব মতংদা মঙকশম অসি যাম্না নোমই। মনিং যাম্না লংহ অমসুং লাওহ। মচি মতেক পাল্লি। চাং মান্ননা পাল্লি। মখোয অসি খোংগন্দবা শানি হাযনা খঙনৈ অদুবু চহি খৱগী মমাংদা তযাম্বা মীশিংনা জিরাফনা খোংখিবা তাখি।

মখোয অসিগা নৱবা শা কাংলুপ খৱসু বেল-জিযান কোঙ্গোগী সেমংকি ফোরেষ্টতা ফংই হাযনা চহি ৫০গী মমাংদা পুথোকখ্রে। ওকাপি কৌবা জিরাফকা নৱবা শা জাৎ অমসু লৈরি। মসিদি জিরাফকুম্না ৱাংদে। মঙকসু শাংদে। লেপ্লা মতমদা ফুট ৫রোমতা ৱাংই। মচুসু অমুবগা অঙৌবগা য়াম্নৈ। অসিগুম্বা অৱাংবা শগোলগুম্বা কাংলুপ মশীংথিবা ওমদনা আফ্রিকাদা লে, মখোয় শগোলগুম্না খোংই।



জিরাফ

জেব্রা কৌবা শা জাৎ অমসু লৈরি। মখোয় অসি লোলা অমসুং শগোলগা হায়রেং



জেব্রা

মান্নৈ। মচুদি অমুবা মরক্তা অঙৌবনা শাংনা শাংনা লাংই। মখোয় অসি মযুক তম্না শাখি। গাড়ী চিংবদা শীথিল্লবা য়াই। শককম খরা খরা খেন্নবা জেব্রা কয়ামরুমসু লৈ।

শামুগণ্ডা কৌবা অকনবা শা জাৎ অমসু লৈরি। মখোয় অসিগী হৌরকফমদি আফ্রিকা-দগীনি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি মফম অতৈ অতৈদসু লৈবে। আসামগী জঙ্গলমক্তদা আসাম সরকারনা য়োকপা শামুগণ্ডা লৈরি। নংখায়না শায়োকশং উরগা খণ্ডলকনি। আলিপুরগী জুদসু শামুগণ্ডা য়োক্লি।



আফ্রিকাগী অঙৌবা শামুগণ্ডা

শামুগণ্ডা মথল মঙা শুই, মদুগী মনুংদা হৌজিক আফ্রিকাদা মথল অনিদি অফাওবনি। মদুদি শামুগণ্ডা অমুবা অমসুং অঙৌবা।

অঙৌবা শামুগণ্ডাদি মচিন অসি মরাক ময়ং মানৈ। অদুগা মচিসু অনি তৌই। অমনা তেল্লি। মদু মতুনা ইকোই কোইনা তৌই। অশেংবা মচি অদুদি শাংই। য়াম্না শাংনা তুমথোকই, মদুনা মাগী খুংলাই ওইনৈ। অমুম্না অমুবা, উংমানবা শামুগণ্ডাদসু মচি অনি উবা ফংই। অমুবা শামুগণ্ডা আফ্রিকাদা তোইনা উবা ফংই।

নোংপোক অমসুং ময়াইথংবা আফ্রিকাগী ঈশিং লৈবা মফমদা ঈশিং ওক কৌবা শা জাৎ অমসু ফংই। মসি শামুগণ্ডাগুম্বা নত্তে। অসি মতমলৈবখিবিক্তা মকোক অসি ঈশিংদা

লুপতুনা লৈ অত্তগা মমিৎ, মনা অমস্তুং মনাতোন্দি ঈশিংগী ঈমাযদগী থিঙৎলি। হায়বদি মশা পূম্নমক ঈশিংদা লুপতুনা লৈ। ঈশিংদা যাম্না যাংনা চৎপা ঙমই। মগী চাকখাউদি ফুট ১১ রোম শাংই।

হৌজিক ঐখোয আফ্রিকাগী খ্বাইদগী চাউবা মখোম থকপা জীবগী বা অমস্ত হাযরক্লগে। মদুদি শামুনি। অযাম্বনা আফ্রিকাগী অমস্তুং ভারতকী শামু খঙনরবা ঙাক্কনি। অদুবু



আফ্রিকাগী শামু

অনি অসি খেন্নবা যাওই। আফ্রিকা অসি মখোম থকপা খ্বাইদগী চাউবা জীব, শা পোকফম্নি। মসিগুম্বা মরমদা যাম্না যাওই। মসিগী মরমদা ঙমা অনিদং হায়রমগে।

অশাংবা শামুমযা অসি শাদানবশিংনা যাম্না পাম্নে। মরমদি মথল মথা অযাম্বা লৈত্তেং শাবা অসিনচিংবদা শীজিন্নে। অতে মখোম থকপা শাগী মথকথংবা ময়াশিং অদুদি পোৎ-চৈ

চাবদা শীজিন্নৈ। শামুগীদি মদু নত্তে, থিনদোক্লকপা ময়া অদু কোম তৌবদা শীজিন্নৈ। মঙাক্লা পাম্বা মতুংইন্না শীজিন্নৈ অমনা খুংলাই ওইনা শীজিন্নৈ। অনি অদু চাউবা, লুম্বা মান্নদে।

অদুগা অতৈ ময়ানা খায়াৎ মথক মখাগী তম্খাই ফাওবদা তরুক-তরুক হৌই, অদুগা মথক থংবা খায়াৎ অনিগী তম্খাহদা ময়া ১ নত্রগা ২ হৌই। মখা থংবা অদুগা মতম অমতদা শীজিন্নৈ। মমাংগী অদুনা লেংলগা মতুং থংবা য়াখৈরোমদা ইনশিনখি।

শামু মনাতোনাদ য়াম্না শিংবা ইন্দ্র অমনি। মাস য়াম্না চ্যেকশিল্লি। মহাকনা করিগুম্বা জীব অম তাৎকে নিংলবদি কোনথৎতুনা থমহ।

নোংশাগী মরমদা খরা হায়রগে। আফ্রিকাদগী মেডিটারিয়ান, স্যাহরিয়া, ইরাক, পাসিয়া, ভারতকী অরাং নোংচুপ অমসুং গ্রীস আসগুম্বা মফমদা নোংশা মশীং য়াম্না ফংই। নোংপোক আফ্রিকাদনা হেন্না মরাংকাইনা ফংই। মখোয়গী অহাওবা চিঙ্কাক্তি জেব্রা হায়রিবা শগোল অরাংবা অদুনি। মফুৎ মফুৎ লাংবা নোংশা মচা জাৎ অমসু লৈরি। মখোয় অদুদি পূন্সিচুপ্পা লৈরে। নোংশা লাবনা মশোং পাল্লি। অমোমদি পান্দে।

নোংশানা করিগুম্বদা মী চাবা য়াওই। মখোয়না মীবুসু য়াম্না কী, মীনসু মখোয়বু য়াম্না কীনা চৎলি।

অরাংবা জাৎকী মনুংদা হোদোং অচৌবগুম্বা কবো কৈ, কৈশাল কৌবা জাৎসু লৈবি। কবো কৈ অসিসু মফুৎ মফুৎ লাংই। কৈশালনা শাংনা শাংনা লাংই। কৈজাও হায়বা অসি নোংশাগুম্না মপাঙ্গল লৈবা শানি। নোংশাদগী তমথিবা হেল্লি। মরি মরি শাংনা শাংনা লাংই। মখোয় অসিসু তাপ্পা ফংলবদি মী হাৎলি।

অঙকপা শা কযা লৈরি, মখোয়বু শাদানবশিংনা তান্নবা মতমদা মতেক চেনবদা পুংদা মাইল ৭০ গী চাং য়াংনা চেনবা ঙমই। কোয়না চেল্লগা মাইল ২০ মরুম চেনবা ঙমই। এনটিলোপতগী হেন্না য়াংই।

আফ্রিকা হায়বা মহাদেশ অসি য়োং শাগেগী লৈফমনি। মখোয়গী মরক্তা বাবুন, গুইনোন, মেলড্রিল, মাঙ্গবে অমসুং গুইরেজা হায়বা মখোয়শিং অসি খ্বাইনা খঙনরবনি।

অদুম ওইনমক মখোযগী মমিংশিং অসি খ্বাইনা কযা তানবা নত্তে। যোংজাওশিংগী মনুংদা খ্বাইনা খঙনরিবদি গিবোন, ওরেনগুটেন, চিমপেনজি অমসুং গোরিলা মখোয অসি শাগে অমনি। মখোযশিং অসিগী মনুংদা চিমপেনজি অমসুং গোবিলা অসি আফ্রিকাদা লৈবনি।



ওরেনগুটেন হায়বা য়োংজাও অমনি।

চিমপেনজি অমসুং ওরেনগুটেন হাযবা জাৎ অসি য'ম্না শিংই অদুগা গোরিলা হায়বা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না চাউই। মখোয অসি মীগুম্না লেপখৎপা ঙমই। অচৌবা গোরিলা লাবক্দি পাউণ্ড ৪০০দগী ৬০০ ফাওবা লূমই। লেপখৎপা মতমদা ফুট মঙা বাংই অমসুং মখুৎ অনি অদু তিংগোকপদা চায়বদি লম ওনবদা ফুট ৮ লোম শাংই। মীওইবদি মশাগী লমগা মন্নেপকা মান্নে। গোরিলাদি মতু নত্তে, মন্নেপপুদি লম্না হেল্লি। গোরিলা অসি য়াম্না কল্লি, অদুবু জঙ্গল অদুদদি মহোশাগী য়েরুবা নত্তে। মখোয়গী অকনবা অচৌবা

অয়া পাল্লবস্থ মখোযদা লংনরুবা অমসুং মাংননবা তৌরুদ্রবদি থোইদোক্লা তমথিবা নত্তে। লমবোই তুবোইগুম্বা মখোয়গী কাংলুপ খরদং কোইচৎ-চৎতুনা লৈ মফম অমতদা তংতানা লৈতে। অয়ুক মুংথিলদা মনা-মশীং, উহৈ-ৱাহৈ অসিনচিংবা মচিঙ্গাক থিদুনা চাই। মুমিদাং ওইরগা অমোম অমসুং মচাশিংনা উতোন্দা হিপফম মুংভাইবা থিদুনা য়াইরেকই। অদুগা লাবশিংদি মশা লূম্বা মরম্না উজাও কাবা পামদে। অদুনা মখোংদা উনা-উশানা মকোন শাদুনা লৈ।

আফ্রিকাদা ফংলিবা শা মখলশিং অসিগী মরম শুনা তাকপা তায়বদি লাইরিক চাটথিবা তারে। খরগী মথৈদি নখোয়না চাউরক্লগা করিগুম্বা শায়োক-শংদগী উবা ফংলক্কনি।

---

## উচেক্কুগী করি তমগনি

অঙাংশা! নখোযনা য়ুমগী মপান্দগী তমনিংঙাই কযা কয়া লৈরি। ঈশ্বরনা পীবিরকপা ফজরবা মিৎ অনি অসিনা পুক্নিংগী মুংঙাইবা, ফজ-ফজরবা কয়া তম্নিংঙাই লৈরি। মতুঙ্দি অচৌবা লৌবুক, অশংবা লমহাং, মোংশোং চংলুদ্রবস্থ—নখোযগী ঈথোল হেক থোকপদা নত্রগা মপান্দা মুমিৎ খুদিংগী উচেক কয়া কয়া উরিগনি। মখোযদগীস্থ তমজনিংঙাই য়াম্না লৈরি। মখোয় অসি নখোযনা জ্ঞান ফংবা য়'বা লম্বেলগী মরুপ অমনি।

নখোয়না হৌগৎলকপদগী উচেক্কী মরমদা ইবা লাইরিক কয়া হোৎনরকপা ঙমগনি। অহানবদা খল্লু মতৌ করম্না উচেকশিংনা মরুম কোকপা, মরুমশিং অদু মপীনা কয়া চ্যেকশিন্না কোনবা। অদুগা মুমিৎ কয়ানিগী মন্নুংদা মচা ওন্দুনা মপান থোরকপা অসিনচিংবা চাংদম্নদুনা য়েংলগা খঙবা ঙমগনি। অসুম্না মীওইবগী অরানবস্থ চুমথোকপা য়াই। মথংদা মখল-মখা অয়াম্বা ৱাখল পোক্লক্কনি। মমৈথংদা লৌবুক-লমহাং, জঙ্গল, সমুদ্র, মপান কোইথোকপা ঙম্লকপা মতমদা মখল-মখলগী অঙকপা উচেক উবা ফংলক্কনি।

মখোয়না উচেক্কী মরমদা খঙনবা হোৎনগে হায়রবদি অরাইবা মওংদা মখোয়গী মওং মতৌ য়েংথোকপা। চে, পেন্সিল পায়বা, মশক মান্নবা য়েকপা তম্ব। কনাগুম্বা কেমের

লৈবা মানা নমথোকপা। বাইনোকুলার (অরাপ্পা য়েংনবা যন্ত্র) লৈরগা মতু পাইদুনা য়েংবা তমগদবনি। অস্থুম তৌরবদি করিগুম্বা জীব অমা হেক য়েকপা হৈবগী শক্তি লাকনি। শম্না হায়রবদা উচেকী মরমদা নিংথিনা হোৎনগে হায়রবদি মখাগী পাম্বে অসিনা



য়াগনি। মতুদি উচেক অদু হাইফেৎ উহৌরগা পাইথোকখ্রবস্থ য়ারগনি। মতুদি:—

১। মওং মতৌ, শাবান, নখোয়না তোইনা উবা উচেক্কা করি করি খেন্নবগে, খঙহৌবা।

২। চাউবা, পিকপগী শক্তম, মচিন, মশা, মখোং, মমৈ, মগুক অমসুং হকচাংগী থোইদোকপা মওং।

৩। চাউরাকপা মচু-মমেন।

৪। মখোয়গী থোইদোক-হেন্দোকপা মচু হায়বদি অরাংবা, অরংবা।

৫। মখোংগী মচু, খুজিল।

৬। পাইবগী থবক, মঙং-মতৌ হায়বদি কন্না পাইবা, তপনা পাইবা, ইরোইবগুম পাইবা নত্রগা থুনা পাইবা।

৭। খোংবগী মখোল হায়বদি ঈশৈগুন্না খোংবা, থুনা খোংবা।

৮। লমচৎ নংনা উবা উচেক্কা করি খেন্নবা মরম।

৯। তোইনা উবা উচেক্লা নত্রগা নংনা উদবরা।

১০। তারিখ, মফম, মতম, ভুস্সমখৈ।

১১। নংনা লৈরিবা মফম অদুদগী চাউরাকনা কয়া লাপ্পা উবনো।

পেন্সিলনা যেকপরা নত্রগা ফোটো লোহোবর ? অসুন্না মরম ১১ অসিগী বাপলদা উচেক যেক্লবদি শোহদনা চাউখৎপা ভুমগনি। মরম নিংথিন খঙবা ভুমগনি। উচেক-বায়াগী মরমদা অফ-অফবা নুংঙাইরবা লাইরিক কয়া পুগোকপা ভুমগনি। মসিগা লোযন-লোযনবা উচেক কাপ্পা মীশিংদগী মরক মরক্তা বিপোর্ট লৌবা, বারী, মরম খরা খরা হংজিনগনি। অহানবদা ভুমদ্রে হায়দুনা নিংবা কায়গনু। হোৎনরগা ভুম্বনি।

নখোয়না ভুমগদবা উচেক কয়া লৈরি। মদুদগী ভুমনবা হোৎনরকপদা লৌশিং কয়া পোক্কনি। ঈশ্বরবুসু নুংশিরক্কনি। ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজগক্কনি। নখোয়না তত্তনা উরিবা উচেক শেন্দাংদগী হোৎনবা য়াই।

মদু কমদোনা হোৎনবা ঙৌগনি। অযুক ভুন্না ঙৌগৎলো। মসি হকচাংসু য়ামনা কাননবনি অদুগা য়ুমগী অকোইবদা শেন্দাংনা করি করি তৌরিবগে য়েংলো। মখোয়না করি করি চিপ্পাক চাবা, কদাইদা লৈবা, কমদোনা খোংবা। লৈবাক্তা চৎপা মতমদা কমদোনা চৎপা, ভুন্না উবা ফংগনি। অসুন্না য়েংলগা ইশিনবা তমলো। মমৈদদি য়াম্না কাননরবা উচেক্কী মরমদা লাইরিক কয়া পুগোকপা ভুমলক্কনি। অসিগুন্না হাপ্পা অমগী মনুংদা অনীরক য়েংলবদি নখোয়গী মমল য়াম্বা থবক মচেৎ অমা ওইরক্কনি।

মতম মুংঙাইবা—বসন্ত ঋতুগুম্বা মতমদা ফুল ছুটি পাখ্রবা মতুংদা মত্রগা কালেন ছুটি মমুংদা হোৎনবা য়াই। মমল য'ম্লবা পুথে'ক্লবগী থবক্তা অয়াম্বা উচেকশিংদগী শেমগৎ শাগৎপা য়াই। উচেকশিংদগী ঐখোয়গী তমজনিংঙাই কয়া যেংলগা হোৎনবগা খঙবা ঙমই।



মোংবা উচেক

অসি নত্তবা উচেক ফজ ফজৱবা কযা লৈরিবনি। উম্রিং কৌবা উচেক অদুদগী লৈফম শাবগী চোকশিনবা তমজনিংঙাই লৈ। ক'ক কৌবা উচেক্কুগী য়াগৌ ঙনবা তমনিংঙাই লৈরিবনি। উচেক ফাননবা মখল মখলগী লং শাবা য়াই। উচেক অদু ফারগা মৱম খৱ খঙলবা তুংদা থাদোকপিখিবা য়াই। পুকচেল চাউবসু পোক্লকনি। মখোয়বু চিঙ্গাকী ঙাক খন্দুনা ফাবিরবদি মখোয়গী অমাংবা ওই। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা ঐখোয়গী অমাংবসু খোৱকপা য়াই। মদুমক্তি তৌরোইদবনি।

# মীওইবগী সেবা তৌবা শা

ঐখোয়না হৌজিক ওইরিবা চাউখৎপগী থাক অসি কমদৌনা ওইরক্লিবনো? মসি ইপা ইপুশিংনা লমলক্কী শ, ঙা অমসুং পাম্বী যোক্লুনা শীজিন্নরমই। মদুগী মরম্না ঐখোয়সু মতু' ইল্লকপদগী হৌজিক চাউখৎপগী থাক অসি যৌরক্লিবনি। নত্রবদি ওইথোকলোই। পাম্বীশিং অসিনা ঐখোয়গী চিঞ্জাক, ফিজেৎ ওইনৈ অদুগা চংজফমসু ফংনৈ। অদুগা শা-শিংনা ঐখোয় মীওইবগী সেব যান্না তৌই। ঐখোয়না থুনা চৎনিংবদা মখোয়গী মথক্তা তোংদুনা চৎপা যাই। নখোয়না শগোল তোংদুন চৎপা উম্বিবনি। পাক চাউনা হায়রুদুনা লাইরিক চাউখিনি—শম্না হায়রক্কে।

যুমশাশিং অসিগী মনুংদা করম্বা শানা হাননা মীওইবনা লোইনরকপগে কনা অমতনা খঙদে। অদুবু মী অযাম্বনদি হুইনি হায়নরমই। মসি নোংচুপলোমগী মতনি। মৈতৈগীসু "মিমু লৈমা" গুরুগী মচানুপী থাজখিবা রারীদা "হুই" ওইনা পোকপা লাইগী মচা অমদা পীখি। মদুসু নোংচুপলোমদ লৈখি হায়।

ইতিহাসকী মতম মতুংইন্না হায়রবদা অনৌবা নুংগী যুগতা খুন্দাবদা হুইগী শরু ফংই। ব্রোঞ্জ এজগী মতমদা মখল মখা অযাম্বা হুইগী চাগোক উবা ফংই।

যোৎ শীজিন্নবা যুগতা মখল মখলগী হুইগী কাংলুপ ফংই। মদুবু হৌজিক ফংলিবা মশীং অসিগদি মান্নদে। পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা অয়াম্বা হুই শীজিন্নৈ, মদুদি—পেট যুম-শংবা ফবা হুইনি। শাহুই অমসুং শান্নবা ফবা হুই অসিনচিংবা। পৃথিবীগী মফম খরদা পোৎলুম চিংবদা হুই শীজিন্নৈ, গাড়ী চিংনৈ। পৃথিবীগী খা, অরাং উন তাবা লমদা হুইনা গাড়ী চিংনৈ।

ব্রোঞ্জ এজগী মতমদগী শগোল অসি যুমশা ওইনা য়াম্না শীজিন্নরকলে। মখোয় অসি শাদানবদা শীজিন্নৈ। মসিদগী হেন্দোক্লুনা মীবু মফম লাপ্পা পুবা ঙমই, পোৎ হোন্নৈ, গাড়ী চিংনৈ। হায়রিবা শগোল অসি আয্যশিংনা য়াম্না শীজিন্নরকই।

এসিয়াগী খাথংবা ভারত, নোংচুপথংবা ইউরোপ হায়রিবা দেশশিং অসি শগোল য়াম্না শীজিন্নৈ। শগোল হায়বা অসি লান্দসু য়াম্না কান্নবা যুমশানি। শগোলনা লৌ

উনৈ শগোল ফংদ্রিবৈদদি মীনা মশানা চিংহুনা লো খোইনরমই। হোজিকমকসু শগোল



স্যুইচজারলেন্দগী হুই গাড়ী

লান্মী থন্নিবনি। থায়নগী ইতিহাসতা শগোল লান্মী যাম্না ফাওই স্পেনিসশিংনা খা আমেরিকা জয় তৌখিবা শগোলগী মপাল্লনি।

অকনবা থবক তৌবদা শগোলদা নত্তে, মখোয়গী মতৌগুম্বা গধা, লোলা, যণ, ইরোই মখোয অসিস্থু লৌ খোইবা, গাড়ী চিংবদা শীজিন্নৈ। তৌইগুম্বস্থুং যাম্না অকনবা, অরুবা থবক লাক্লবদি শামুতনা ঙমই।

শামু মথল অনি শুই, মদুদি—ভারতকী শামু অমস্থুং আফ্রিকাগী শামু অসিনি। অদুগা ভারত্তা ফংলিবা শামু অসিদি চহি লিশিং অনিগী মমাংদগী শীজিন্নরক্লে। আফ্রিকাগী শামু অ'চৌবা অসিদি শীজিন্নরমদে। হন্দক্তা বেলজিয়ান কোঙ্গোদা শীজিন্নরক্লি। ভারতকী শামু অচৌবা অসি লান্দা মতম কুইনা শীজিন্নরক্লে। মসি পোৎলুম পুনবা, অচৌবা পোৎ থাং-হনবগীদাক শীজিন্নবা নত্তে। যেরুব খোঙ লাম্নাশিংগী থম্মে যদা অকীবা অমা পোকহন্নবা শীজিন্নবনি।

শান্তিগী থবক্তস্থু শীজিন্নৈ। মসিদগী হেন্দোকতুনা খা থংবা অমস্থুং খা নোংপোক থংবা এসিয়াগী জঙ্গলশিংদা অচৌবা উ বীম চিংবদা শামুগা মান্নবা অতৈ লৈতে। শামু হায়বা অসি য়ুমদা য়োকপা য়ুমশাস্থু ওইনা লৈ। অদুগা জঙ্গলগী শামু লমশা ওইনস্থু লৈ। জঙ্গলগী শাশিং অসি পিক্লিভৈদা ফারগা তম্বীবনি। তম্বীরবা মতুংদা অতেবা শা ওইনা য়ুমদা য়োকই। শামু অসি চহি ১৮ শুররুবদি য়াম্না নিংথিনা তম্বীবা য়ারে। শামু অঙাওবা ফাননবা নিয়ম মরিথক লে।

(১) কোম তৌরগা ফাবা।

(২) শামু লাং থাকতুনা ফাবা।

(৩) খোরি কোঙ্গাহ হুকতুনা ফাবা।

(৪) কেদা ( খেদা )।

অহানবগী কোম তৌরগা ফাবা হায়বা অসিদি শামু লৈবা মফমদা কোম অচৌবা অমা তৌথোক্লগা, মথক্তা উশাশিংনা কুপতুনা থোপ্ হারগা থমই। মদুদা শামুনা লাকপদা কোমদা পুথহন্দুনা তাথ্রগা ফাবনি।

অনিশুবগী শামু-লাং হায়বা অসিনা হাইগৎলাংনি মওংনি। উ অহোবা অমা কোম্ব-রগা লৈপাক্তা উচুক য়েদুনা থম্লগা হোরেল শামুনা লাকপা মতমদা হেক শোকউবদা হাইগৎতুনা মখোংদা য়োৎ মচিন তুম্বা অমনা ঈ থোরুবা য়ৈশিনবনি। অদুগা য়োৎ মচিন তুম্বা অদুদা য়োৎলিনা ফাদুনা অচৌবা উ অমদা পুন্দুনা থমই। শামু অদুনা নাদুনা হেক চেনবদা য়োৎলি

অদুনা পন্দুনা গমই। অমম্না ফাবা মওংনি। অদুবু হায়রিবা নিয়ম অসি হৌজিক আইননা য়াখিদ্রে হায়বদি তোক্লরে।

অহুমশুবা থৌরি হুকপা অসিদি নিংথিনা তম্বীরবা শামুশিংদা মাহুৎশিংনা থৌরি পুদুনা তোংদুনা চৎলগা শামু মচাশিংদা থৌরি লংদুনা ফাবা নিয়মনি।

অদুগা মরিশুবা কেদা হায়বা অসিনা উখোং অচৌবা মযাম কোইনা অমম্নং কুংনা লৈপাক্লা য়ৎশিল্লি। অম্মনা লানবলগুম্না শাই। থোংজাও অমা ফাংলি, থোং অদু অমুক থিংজিনবা য়াননবা শেমই। অদুগা মীয়াম্না অতেবা শামু পুদুনা চৎলগা মাইকৈ কোযনা



খা-নোংপোকথংবা এসিয়াগী যণগাড়ী

থৎলগা কাংশি, পুংজাও, রাকোক থিন্দুনা, মৈরা অসিনচিংবা পুদুনা, লাও-খোংদুনা কোয়না থৎচিল্লি। শামু লমশাশিং অদুনা কীরদুনা, খংদুনা থোং শারিবা অদোমদা চেনশিনখি। মতুংদা থোং লোনশিন্দুনা ৎম্লগা ফাবনি।

লম্লক্লা লৈবা যণশিংস্থু কেদাগী মম্নুংদা হোইজিন্দুনা থোং খিংজিল্লগা ফাবা যাই। অদুগা তেননবা তম্বী। য়োক্লগা থবক শীতিম্নবা য়াদবা যণগী জাৎস্থু লৈরি। মখোয় অদু চিঙ্গাক-কীদমক য়োকপগুম তৌখ্রে, মদুদি—যণুং অসিনচিংবা।

উট হায়বা শা অসি মীওইবনা য়াম্না কুইনা য়োক্লবক্লবনি। অদুবু মখোয়গী ইতিহাসতি অয়াম্বনা খঙবদে। অতাওবা লমশা উট কয়াস্থু লৈরি। চহি শ্রবগী মমাংদা গোবি ডেজার্ট

-তগী ফাদুনা তম্বীখি, মদু তম্বীবা য়াদে, ভাওদুনা লমশা ওইনা নাম্থোকতুনা চেনথোকখি। মখোয় অদু লমশা শেংলবনি। যোকপা য়াবা উটতা মথল অনি শুই, মদুদি—বাকট্রিয়ান উট মরুম অনি কাবা অমসুং আরবিযান উট মকুম অমতা কাবা অসিনি। আরবিযান উট অসি ড্রোমেড্রে হায়না খঙৈ। ড্রোমেড্রে হাযবা অসি মরুম অমতা পাল্লি। তোংনবগী থবক্তা অমসুং পোৎ পুবদা শীজিন্নৈ।

মীওইবনা যোকলিবা যুমশা খিবিক অসিগী মতেংনা চাউখৎপগী থাক্তা পুখৎলিবনি। অসিদগী হেন্দোকপা মগক্তসু যাওখ্রবা শা, ষণ, যাও, ওক, হামেং, শজি, ইরোই অমসুং শজি মথল অনি মখোয অসিসু যাম্না কান্নরবা শা হাক্তনি।

মসিগী মগংদা মথল অমগী শা হাযরক্কে।

---

# মপুক্না শিংতুনা চৎপা জীব

## ( রিপটাইলস )

মপুক্না শিংতুনা চৎপা জীবশিং অসি ঈ শইংবা চেল্লি অমসুং মশা'দা মকুনা কুপশিল্লি। মখোয়গী কাংলুপ অহানবশিংগা শরু-শযাংশং খরদি কোযলা খোনিগী লৈরোল-লৈরোন্দা ফংবা য়াওহ। চাউরাক্না চহি কোটি ১২০ দগীনা ১৭০ ফাওবগী মমাংদা লৈখিবনি অসুন্না হায়নৈ। মতম অদুদদি মখোয়না পৃথিবী অসিদা অথোহবা ওইনা লৈরমই। মতম অদুবু "মপুক্না শিংতুনা চৎপা জীবগী যুগ কোহ।" মতম অদুদা হিংচা-য়াইতম্বা মপুক্না শিংতুনা চৎপা জীব কাংলুপ-কাংলুপ লৈরমহ। মখোয় অদুদি চাউরবা সমুদ্র ফাওবা লানবা ঙমই। করিগুম্বদা পাইবা ফাওবা য়াওই। মতম অসিদা গুন্তীর, থেঙ্গু, চুম অমসুং লিল অসিনচিংবা অসিসু লৈরম্মী।

মতম অদুগী রিপটাইলস অযাম্বদি ঙম্না শিখ্রে। মদুগী মনুংদা নিউজিলেণ্ডগী তৌটারা কৌবা জাৎ অসিদি হিংহৌরি। মসিগী শরু হৌজিক লৈরি। তৌটারা হায়বা অসি মপান-থোংদা যেংবদা চুম মথল অমা মাল্লি, মগাক্কী মকোক অসি গুন্তীর মাল্লি অমসুং মনমগন ময়াইদা অপিকপা মখুল অমা লৈ। মসিগুম্বা জীব অসি মমিৎ অহুম পাল্লি। মমিৎ অহুম-শুবা অসিনা করি শীজিন্নবগে হায়বদি কনা অমতনা হায়বা ঙমদে।

লেমহৌবা রিপটাইলসশিং অসি কাংলুপ কয়ামরুম থোক্না খাইদোকই, মদুদি—গুন্তীর অমসুং এলিগেটার, থেঙ্গুগী জাৎ, চুমগী জাৎ, লিনগী জাৎ অসিনি।

খ্বাইদগী চাউবা গন্তীরশিংদি থুমহি গুাক্তা ভাইবা ভারতকী নোংপোক সমুদ্রদা লৈ। অষ্ট্রেলিযাগী অৱাংথংবা তোর্বান্দগী প্রশান্ত মহাসাগর লাম্থোকতুনা ফিজি দ্বীপ যৌনা চৎপা ভুমই। মসি ফুট ৩০ রোম শাংই। খ্বাইদগী পিকপা গুন্তীরনা খা আমেরিকাদা ফংই। মখোয় অসি মচিঙ্গাক থিবা মরুওইনা ঈশিংদা থি, কবিগুম্বদা কংফান্দসু কাখৎলি।



মনমগন্দা মণিপুবা মকোক অনি পানবা থেঙ্গুগী জাৎ। মসি প্রকৃতিদা অতাংবা জীবনি। মসিগী মমিং টেরাপিন কৌই। মখোয় অসি ঈশিংদা লৈ।

মপাম্থোংগী শৎফমদা গুন্তীরগা এলিগেটারগা খরা খেন্নন উই। মখোয় অনি অসি চাংদম্নবদা গুন্তীরনা মখা থংবদা পাল্লিবা ময়া মরি অসি, মথক থংবা চিনবানগী মনুংদা তাই। অদুগা এলিগেটারনা মথক থংবা চিনবানগী মপান্দা তাই। ঘড়িয়াল হায়বা অসি ভারতকী অচৌবা কোর্কোডাইলনি। মখোয়গী মথয়াৎ অসি য়াম্না কল্লি, ময়াসু মশীং য়াম্না পাল্লি, হোরাইগুমই। মখোয়গী চিঙ্গাক্তি ভানি। অসি নত্তবা গুন্তীর, এলিগেটারশিং অসি মখোয়না ভবা জীব খুদিংমক মখোয়গী চিঙ্গাক্লি।

গুন্তীর অমস্তুং এলিগেটারশিং অসি কুযোম যাম্না কম্না পানবা মরুম কোকই। মখোযনা মকুম কোকপা মতমদা লৈঙোইদা নত্রগা এঙ্গাং-নাপী তৌবা মফমদা কোকই। অদুগা মপীশিং অদুনা মনাক্তা ঙাক-শেন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা মতমদা কনা কনাগুম্বনা মকুম অদু মাংহনগে তৌরবদি যাম্না শাগি। মচাশিংবু অম্মুক্কী মতিক চেকশিন্না ঙাক-শেল্লি। মকুম মাংহনগে তৌৎনরিবা জীবশিং অদু মথরাই মাংবা যাই। মচা ওন্দুনা মপান থোরক্লবা মতমদদি মপী অদু নুংঙাইজবে, খরা লাপ্নস্ত চথোকচবদা চিংনদ্রে।

থ্বাইদগী চাটবা থেঙ্গুদি হিংচা থেঙ্গুনি হায়নৈ। অচৌবা থেঙ্গুগী মথাদি ফুট ৩ লোম শাংই। লম্বনা টন মশুং অমা লৃমত। হায়বদি মগ ৬ লোম লমই। থেঙ্গু মখল জাৎ অমস্তু লৈরে মতুদি ফুট ৮ লোম শাংই লম্বনা টন অংগী ভগয লৃমত। মসিগী মখল অসিগী



মমিং টুরটুল কৌই। হায়রিবা থেঙ্গু মখল অমি অসি অহানবা পৃন্সিদা কংফান্দা নত্রগা ঈশিংদা হাম্না লৈর্রা হায়বা শেংনা হায়বা ঙমদে। তৌইগুম্বস্তুং অমি অসি নত্তবা অতৈ রেপটাইলসশিংদি লাইনা হায়বা ঙমই। থেঙ্গুশিংগী গোইদোকপা মযা তৌবা উদে। অদুগা অথোবা মচিন পানবা অকনবা হেন্দোকতুনা লৈবা উই। মগৌশানা মখোযগী জাৎ খাইনবা মখল অহুম লৈ, মদুদি :—লিনগী মকোক মানবা অমা। মনুংদা মঙক লোৎপা জাৎ অমা অমস্তুং লৈখোম মচু মানবা টুরটুল হায়বা জাৎ অমা।

মশা মনুংদা মকোক লোৎতুনা লৈরগা পোৎ চারমদাইদা মকোক থিন্দোকতুনা লাকপা জাৎ। মখোয় অসি মেডিটারিয়ান, ইউরোপ অসিনচিংদা য়াম্না ফংই।

লৈখোম মচু মানবা লৈখোম মনুংদা যাম্না লৈগনবা জাৎ অসিনা ভা চাহ। মখোয অসি ভুরেল অমসুং পৃথ্রীদা লৈবা পামই।

মপুক্না শিংতুনা চংপা জীবগী মনুংদা মথল মশীং যাম্না লৈরি। মদুগী মনুংদা চুম অসিসু অমনি। মখোযগী মথল অসি ২,০০০ (লিশিং অনি) রোম লৈরি। নিংথিনা খঙনরবা খুলগী নাক-যেক্তা লৈরিবা চুম কযাসু লৈরি।

অথোইবা ফোমোডো দ্রেগোন [ চিংলাই শাকুনবা ] অসি ইন্দোনেসিযা কোবা দ্বীপতা লৈ। ফুট ১২ রোন শাংত। মখোয অাস তৌল, কং, বোজেং চাই। মখোযনা তীল ফারমদাইদা যাম্না তপ্পা চংলে অদুগা চোংশল্লগা লাকই। মখোযগী মথল অসি তম্নুক্কী মতিক যামখ্রে, চাউরাক্লা খর পীরম্মান।

জেকোক কোবা চুম জাৎ অম লৈরি। মখোয অসিগী খোংশিং অসি অভম্বা ব বদা য়াম্না খুদোং চাই। অদুনা অভম্বা লাইনা, থুনা কাবা ঙমই। অসিদগী হেন্দোবতুনা থা নোংচুপ আফ্রিকাগী মরুভূমিগী লৈংঙে তশংদা লাইনা চেনবা ঙমই।

মখোয় খবনা মখোং মার পানি, খরনা খুদুং অানিদা পাল্লি। খরনা মখোং শুকপান পান্দে। চুমশিং অসি ঙমাংবা কযা য ঙরি।

অযাংনা পোইদোকপা ঙমংবা লৈতে। কৌরগা যাম্না থুনা চেনখি। মখোযবু করি-শুম্বা জীবনা ফাবা মতম অদুদা মমৈদা ফাকুরবদি মমৈ অদু পাদংলগা মথক্রাই তিংনবা চেনখিবা ঙমই।

(১) তু পুবা চুম মথল তনি শুত। মখোয়গী মথাদি কোচিগী মতৌঙম্না কোল্লি। চিক্লগা তু তাপচিনি তাযবদি মখোযগী মচিন্দা তুগী শাও লৈ। মখোয অসিনা চিকবদি জীব শিবা যাওই। মখোয অসি তপ্পা চংলি। মখোযগী মচুদি মুংরুনবগা শাপু মচুগা লাংই।

(২) অমুবগা কোমলা মচু চকচিনবগা লাংবা অমা অসিনি। অদুনা অভাংশা। মখোয়না চুম শাক শঙনা চংকদবনি। চুম ফাডুনা শান্নগনু।

অরোইবদা মপুক্না শিংতুনা চংপা লিনগী মরমদি মমৈদা অমুক যাওরক্কনি। মরমদি পৃথিবীদা লৈরিবা মপুক্না শিংতুনা চংপা জীব মথল ১,০০০ রোম শুবা মরম্না লাইরিক যাম্না চাউখ্রগনি। হৌজিক য়াম্না ফজরবা তীল-কাংগী মরমদা হায়রক্কে।

# কুরাক

হৌজিক কুরাক ফজ-ফত্তরবা জাৎকী মরমদা হায়রক্লগে। মখোয়গী মচু মখল মখল লৈ। য়ুমগকতা খাগ্রানা কুপপগী মতোঙ্গমই। নখোয়না মচু ফজবা কুরাক ফারগা মশা অদুদা নান্দুনা থেংউ। মচুশিং অদু মকুপ মকুপ নখুত্তা পক্ক'ন।



নখোয়না মখোয়দগী লমচৎ য়াম্না তম্নিংঙাই লে। নখোয়না কুরাক কোরিবা তীল অসিদগী তমজনিঙাই লমচৎ অনিখক লৈরি, মদুদি:—লাবা, অমোম খঙননবা।

(১) মগ্নাং চেংবা জাৎ অমা;

(২) মগ্নাং চেংদবা অফুনবা জাৎ অমা অসিনি।

ম'চিন পংবা অমা, মচিন তুম্বা অমা। নখো'য়না কুপ্ন পরাক্ষা তৌ২না য়েংলবদি লাবা, অনোম হায়বা ঙমগনি। কুরাক লা'বনা অনোমদগী নোইবা-চাউবা তেল্লি। মচু মশক মজবসু হেনবনি। নখোয়না মসি কাওদ্রবদি লাবা, অনোম খনবদা থোইনা চিংনক্কম লৈতে।

কুরাক অমস্তুং ক'ব্রং তীলগী কুরাক মখোয় অসি শাগৈ অমতনি। মখোয়শিং অসিগী মমিং অমস্তু' মশক তোঙাল তোঙাল্লি। মখোয় অসি মখল মখা অয়াম্বা মচু লৈ।

মতুদি ঃ—ৱাওথাংনবা, অঙৌবা, অতিয়া মচু অমসুং অৱাংবা। অৱোইবদা হায়গদবদি ৱাওথাংনবা অমুবনা লাংবা কুৱাকশিং অসি লমলক্কী লৈশিংদা য়াম্না তোংগল্লি।

মখোয অসিগী মৱক্তা থ্বাইদগী চাউবা কুৱাক জাং অমা লৈৰি। মখোয অসিদি নিংথম গাদা মপূং ফানা উবা ফংই। মতুদি ৱাহোং মচু থেঙ্গ মথা মচু মাল্লি। কনতুক মচু নাপু মচু মানবা কুৱাক জাং খৱগা লৈৰি। মখোয অসি বসন্তগী মতমদা যাম্না উই। মখোযনা বসন্তগী অনৌবা উনা ৱানা, লৈহি চুপ্পা পামই।

কুৱাক জাং খৱস্র লৈৰি; মখোয অতুদি সমুদ্রদা, সমুদ্র ৱাংমদা যংই।

মখোযনা তীল-কাং উকক্কা জাং উৱিবা অসিনা কুৱাক অমুক থম্খবনি। মতুগী মৱম নিংগিনা থজ্ঞনবা মখোযগী ইংখোলদা থাবিবা কোবী পাম্বাদা তী। অশংব জাং অমা উৱিবা অতু কুৱাক মচানি। মতুন কোবা মনা চাতুনা চাউৱক্লবা মতমদ, কোযনা চথোক্লক্লগা মনাক নকপা ফক্লাংনচিংবদা কাতুনা মুনিং থৱা লৈখি। মনেদা কুৱাক ওন্দুনা পাইগোকখি।

হৌজিক পৃথিবীদা কুৱাক্কী মখলদা জাং ৫,০০০ (লিশিং মঙা) রেম লৈৰি। মসি কুৱাক্কা মৱমদা যম্না শিংবা কানুনা হাযবনি।

কুৱাক হাযবা জাং অসিগা কাত্রং তীলগী কুৱাক্কা করি থৌনা। মসিগী মৱম অমুক যেংলসি। কুৱাক্কা মথ্বাং চেংই। অতুগা কাত্রং তীলগী কুৱাক্কা মথ্বাং চংদে হাযবদি মথ্বাং নোই। তীল-কাংগী মনুংদস্ত থেন্নবা যাম্না লৈৰি, মতুদি—মতু যাম্না চোম্না জাং, মতু ইপান পান্দবা জাং। যাম্না নানবা, মক্রক-মক্রক লাওবা জাং অসিনি। কযানা শাংই, কয়ানা তেল্লি। ময়াং কংই, খৱনা নোই।

তীল-কাংশিং অসি উক্রেংং-ৱাক্রোং অহোবদা লৈবা, উশাদা লৈবা, উগী উৱাং চিকতুনা চাতুনা লৈবা। খৱনা ঈশিং মথাদা লৈবা অসিনচিংবা মখল মখলগী লৈ। নখোয়না উবা ফংগনি—থুম্মোক অমনবা, লশিং-কাপোন, উপু শীজিন্নদবা অসিনচিংবদা তীল-কাংগী মৰুম কোকই।

মৰুমদগী কুৱাক ওইৰকপা মতমদা মওং মৰিদা ওইৰকই, মতুদি ঃ—

(১) মৰুম (২) তীলখাক (৩) কবোকদোম (Pupa stage) হায়বদি তীলখাক তেনশিনখিতুনা লেংদনা লৈখিবা মওং। (৪) কুৱাক ওল্লকপা অসিনি।

# আমেরিকাগী শা (মুজ)

## Animals of An erica (Moose)

আমেরিকা হায়বা মহাদেশ অসি শা ডা নরাং কাইনা ফংই। মখোয় অদুগী মনুংদা মরু-মকওইবা খরা লৌখৎলি। অহানবদা মহাদেশ থাসগী অরংথংবা শকক্তা ভমখৈদা ফংবা খরা হাধং ক।

অবাং অমেরিকাদ ফংলবা শাশিং অসিগ ইউরোপ অমসুং এশিয়া মহাদেশ অসিদা ফংবগা অযাম্বনা ন ন। ৮তুন ওইননক ঐরেযনা গৌজিক অরং অমেরিকাদা ফংবা শা খরগী মরংদা খঙনবা হেংননি।



**শওম**

অহানবদা মুজ পৌবা শজি জাং অমগী ম১০দা হায়রকে। মসি থোইদোক-হেন্দোকপা মওং অমনি। মচিন চাউই। মুজ হায়বা অ স থাইদগী চাউবা শজিগী কাংলুপনি। মসি যুট ৭ লোম ঋাংই। মশাগী অকুম্বা পাউণ্ড লিশিং অমরোম লূমই হায়রদি মণ ১২ সের ৪০ রোম লূমই।

মখোয়গী চিঙ্গাক্তি মনা-মশীং চাই, মরু ওইনা ঈশং অমসুং ঈশিংদা হোৌবা পাম্মী, মনা-মশীং চাবা পামই। মরক মরক্তা ঈশিংদা লৈবা পামই। মুজ হায়বা জাৎ অসি ইউরোপ্তা লৈবা ইলক হায়বা কাংবু অদুগী মচিন-মনাওনি।

## শওম

আমেরিকাগী অমুবা শওম অসি ইউরোপ্তা লৈতে। অদুবু ইউরোপকী চীংদুম অমসুং লক্ষ্মাংদা লৈবা রাওথাংনবা শওমগা য়াম্না মরী লৈনৈ। অসিগুম্বা তর্নাগিরবা শওমশিং অসিগী রারীদা হায়নরি। মাদুদি শওম অসিগী খুবাংনা অমুক থ'বদা বিসন কৌবা লমষণ, ইরোই ফাওবা তুই হায়বদা চিংনবা লৈতে।

## বিসন

বিসন হায়বা শা অসি করিনো, মসিগী মরমদা হায়রক্কে। বিসন হায়বা শা অসি অরাং আমেরিকাদা ফংবা লমগী ইরোই অচাওবনি। মখোয় অসি শঙ্গু শঙ্গু নাইনা লৈবা শা কাংলুপ অমনি।

## বিভার

বিভার কৌবা শা জাৎ অমসু গায়নদগীনা ভৌজিক ফাওবা ফংই। আমেরিকাদা মসি খাইনা খঙনরবা শ জাৎ অমনি। মখোয় অসি মকোন শাবদা যাম্না চেকশিল্লি। নোম্বা য়াম্না কল্লি। নিংথম থ'দা উন্দা খাংবা য়াননবা মকোন শাই। পাৎকী মথাদা লৈখোম মরক্তা মচিঙ্গাক গি। ঈশিং লৈমায় অদু উন্না ফমজিল্লকপা মতমদা ঈশিং মথাদা লৈবা মুংগাই অগোবা মরক্তা লৈবা ওমই।

## স্কুনক

অতোপ্পা আমেরিকাদা ফংবা য়াম্না খঙনরবা শা জাৎ অমসু লৈরি। মদুদি স্কুনক কৌই। মুংগিন্দা উক্রোং অগোবদা তুমই। পোৎথাদুনা লৈ। মরক মরক্তা লৈবাক্তসু কুমথৈ। অঙিংদা হেন্না মগোনা ফৈ। মচিঙ্গাক থিবা চৎলি। বোরা উচি, শিল, হঙোই অসিনচিংবা চাই। অসিদ নত্তনা উহৈ-বাহৈ, মহৈ-মরোংসু চাই।

স্কুনক হাযবা শা অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ অমনা মাগী মমৈ ময়াদা অচৌবা তুরুম অনিখক লৈ। মনম নমথিবা নাপু মচু মানবা থাউগুম্বা মহি পুরি।

কনাগুম্বা মীনা নত্রগা জীবশিংনা শাউগল্লুরবা মতমদা মহি অসি কাপথোরকই। মসি চুম্না কাপলকপদা ফুট ৯ হেন্না চংলি অতুম ওইনমক শা অহু মপুক তপই অমসুং ঈংই।

## প্রেরি ডোগ

প্রেরি ডোগ কোবা হুই জাৎ অমা ইউনাইটেড ষ্টেট আমেরিকাগী নোংচুপ থংবা মযাইগী লমদা ফংই। মাসিবু প্রেরি ডোগ হাযনা খঙনে। শেংনা হাযরবদা মসি হুইমক্তি নত্তে, লৈনুংদা লেবা খৈরোই মখল অমনি। হাইফেৎ যেংবদা হুই মাল্লি হাযদুনা



প্রেরি ডোগ আরমাডিলো

প্রেরি ডোগ হায়বদি লমহাংদা লৈবা হুই কৌই। মসি ফুট অনিরোমদা বাংই, লেপখৎপা মতমদা লুম্বনা পাউণ্ড অহুম লোমদা লুমই। মমাংঙৈদা অহানবা লৈরম্বা আমেরিকাগী

মী অমসুং নৌনা খুন্দাখিবা ইউরোপিয়ানশিং লৈরকপা মতমদা শা অসি কাংলুপ কাংলুপ লৈবদা মমিং চৎলি। হায়রিবা শাশিং অসিনা লৈমুংদা লৈবদি করি হায়গনি। লৈমুংদা অচৌবা সগর অমা লৈবগুম তৌই। শুরুং ফজ-কজনা তৌদুনা মাগী মাগী লৈফম শেমই। অসুম্না মাইল কয়া কয়া পাক-চাউনা শেমই।

অরাং আমেরিকাদা শা মরাং কাইনা ফংবগুম্না খা আমেরিকাদা ফংদে। ফংলবসু অয়াম্বা অপিকপা ভাক্তনি। খ্বাইদগী মুংভাইবা অমনা, খা আমেরিকাদা ফংলিবা মাগী মমুংদা আরমাডিলো কৌবা শা জাৎ অমা ফংই। মসি য়েংবদা ইতিহাস যুগকা মনাংগী চিংচাবগুনই। মশা পূম্নমক অদু জালগী য়োংকী ফুরিংকুম্না অকনবা মকুনা কুপশিল্লি। য়েংবদদি য়াম্না অকন অথৌবী ফিবম মাল্লি, মতমক্তি নত্তে। যেক্লবা উরগা থুনা চেনগল্লি, শারৈ-শারা তৈ। কনাগুম্বনা ইথৌ থৌওইদনা চেক ফারুরবদি বোলগুম্ন মতুন ভাশিনখি। অদুগা অথোংপা লৈবাক ওইরবদি হৈমুংদা চংননবা তোংলৈ। আরমাডিলো অসি জঙ্গলদা লৈখুন্দা লৈ। তীল-কাং ফাদুনা চাই। য়াম্না চাউবা আরমাডিলোনা নিংগোংদগীনা মকোক ফাওবদা ফুট ৩ লোম শাংই অদুগা মমৈনা ফুট ১½ শাংই।



এণ্ট ইটার

মতু পানবা আরমাডিলো জাৎ অমসু লৈবি। মখোয় অসি মতু য়াম্না কুংনা পাল্লি।

আমেরিকাদা লৈশৌ চাবা শা জাৎ অমা লে। মাগী মমিং এণ্ট ইটার কৌই। মহাক জঙ্গলদা লৈ। তীল-কাং শিননবা মাগী খুবাং অদু য়াম্না থোই। মরৈ য়াম্না শাংই। খ্বাইদগী চাউবা লৈশৌ চাবা শা অসি ফুট ১ রোম রাংই। মমৈ অতুম্বদগীনা মৈতোন কাওবা ফুট ৮ লোম শাংই। অসুক চাউবা শা অমদা মাগী মচিন অসি য়াম্না পিক্না পাল্লি।

ঈশ্বরগী থৌশিল অঙকপনি। অশুক চাউবা শা অসিনা অপিকপা ককচেং-খোইমা ফাদুনা চাবা য়াননবা অপিকপা মরৈ অমসুং মচিন পীবিরমই।

মহৌশানা মুংশা শারবা মতমদা মমৈ অচৌবা অপুংবা অদুবা কোনখৎতুনা মশা পূন্নমক কুপশিল্লি। মরুম লাংহন্দুনা চাক্লবা মুংশাগী মৈশা ফংহনদে। উরুমদা পোৎ-থাবগুম তৌহল্লি।

শা অসি মপুক তপই অদুবু করিগুম্বা শাগুতল্লুরবদি যাম্না তমথি। মাগী খুমাংথংবা মখোং অনি অদু যাম্না শিংই অমসুং শাথি। লৈশৌ চাবা অমোম্না অমুক্তা মচা অমত পোকই। মচা অদু নিংথিনা চাউদ্রিবা ফাওবা মনমগন্দা পুদুনা চৎলে।

অতোপ্পা জাৎকী লেশৌ চাবা শা জাৎ খরসু লৈরি। মখোয় অদুদি অমুক্তা মচা অনি অগুম পোকই। মখোযগী জাৎ অসি উদা মকোন শাদুনা লৈ। অযাম্বা মতমদা লৈবাক্তা লৈ অদুগা উদসু যোংগী মতৌগুম্না মখোঙ মরিনা উশা পাইদুনা চৎপা, চোংবা ঙমহ। মমে ফাওবা মতেং পী।

অসিগুম্বা মখোম থকতুনা হিংবা শাগী মনুংদা খা আমেরিকাদা কিনকাচৌ কৌবা শা জাৎ অমা লৈরি। মখোয অসি উদা লৈ। মুংথিন্দা লৈনুংদা, লৈকুৎ-লেয়াহদা লৈ। মুমিদাংদা মচিঞ্জাক থি। মখোযনা ঙম্বা জীব ফাদুনা চাই। অদুগা উচৈ-রাহৈ, মচৈ-মরোং অমসুং খোইহি চাবা পামই। মহৌশানা শাহিং-ভাহিং চাবা মখোম থকতুনা হিংবা শাশিং অসিগী মমৈ য়াম্না শিংই। মমৈনা পোৎ ফাওবা ফাবা ঙম্বা যাওই।

হৌজিক পৃথিবী অসিদা নিংগিনা খঙনরবা তৌদোং শাগে কযামকমসু লৈরি। মখোয অদুগী মনুংদা জাগুয়, ওসিলোট অমসুং পুমা হায়বা জাৎ অসিনি। পুমা হাযবা অসি আমেরিকাদা যাম্না মরাংকাযনা ফংই। মসি থাযনগী কবো-কৈ হাযনা জাৎ অদুগুম্বনি। মখোয অসি কানাডাগী পেটেগেনিযা ফাওবগী ঙমখৈ ফাওবা কোযচৎ চৎলি। অদুগ হৌজিক্তি মফম খুদিংমক লৈরে হাযবা যারে। মখোযগী লমচৎ শাজৎ অসি খ্বাইগা মান্নদে। খা আমেরিকাগী অশোংবা জঙ্গলদা মখোয় অসি যাম্না লৈ। অমাজোনগী মযাদা লৈরিবা য়োং ফাওবা তাম্নে। যোংশিংনা উদা চোং-চোংদুনা চেল্লি। অমুম্না মখোযনা তান্নবনা এগ্রেসকী উন লৈবা লম ফাওবা চখোকই। অমুক্তী মতিক ভমথি, মপাঙ্গল কল্লি। তৌবা ঙমই, শগোল ফাওবা হাৎলি, মী ফাওবা হাৎলি। মরুওইনা অঙাংমচা নাকই।

মপাঙ্গল কনবা জাৎকী মনুংদা খা—আমেরিকাদা শা জাৎ অমা ফংই। মমিং টাপির কৌই। মসি মশা য়াম্না নোই, মখোং তেল্লি অমস্তুং শামু মনাতোন মানবা চিনবান পাল্লি। শামু মনাতোনগুম্না শীজিন্নবা ঙমই। উশা-ৱাশা থেল্লগা ময়াদা ইনশিনবা ঙমই। টাপির অসি ঈশিং য়াম্না পামই। মপৈ-মপৈ ওইনা ঈশিং খোংবান্দা লৈ। ঈশিংদা তৌবা নাপী চাবা য়াম্না পাম্মী।

কেপেবারা কৌবা শা জাৎ অমস্তু লৈরি। মখোয় অসি লৈপাক্তা লেপ্পা মতমদা ফুট অনিরোম ৱাংই। মখোয়স্তু টাপিরগুম্না ঈশিং য়াম্না পামই। ইরোইবা নিংথিনা তৈ। যেংপদা ওক হিংচাবা মাল্লি। মখোয় অসি মরু ওইনা নাপী, মনা-মশীং অমস্তুং ঈশিংদা হৌবা পাম্বী চাবা পামই।

অগৌতি কৌবা থেবা জাৎ অমস্তু লৈরি। মচু স্না শেংদবা মচু মাল্লি, অকুপ্পা মতুনা কুপশিল্লি। মনা য়াম্না পীকই, মমৈ পান্দে। মখোয়না চেনবদি চোংদুনা অমস্তুং স্প্রিং কাপ্প-গুম্না পরেং পরেং চেল্লি।

কোটি কৌবা খা আমেরিকাদা পংনা ফংদবা শা জাৎ অমস্তু লৈরি। মখোয় অসি মপৃংফানা চাউরবা মতমদা ফুট অনিরোমদা শাংই। মশাগা চপ মান্নবা শাংবা মমৈ পাল্লি। অগৌবা ময়া পাল্লি। কোটি অসি য়াম্না চালাক লৈ, উ কাবদা য়াম্না হৈ-শিংই। মখোয়না তীল, ঙা, উচি চাই। উহৈ-ৱাহৈস্তু চাই।

পেকারি কৌবা শা জাৎ অমস্তু ফংই। মসি অৱাং আমেরিকাগী অরিজোনাদগীনা খা থংবা টেক্সাস ফাওবা অদুগা পেটেগোনিয়াদগীনা খা আমেরিকা ফাওবগী লম্বেন্দা উংবা ফংই। মখোয় অসি ময়াম ওইনা চৎলি। লৈমুংদা পানবা মরূ, উহৈ-ৱাহৈ অমস্তুং মনা-মশীং চাই। অপিকপা জীব হাৎলি, চাস্তু চাই। খোইদোক-হেন্দোক্না লিল চাই। জীব অসি ওক মচা মাল্লি তৌইগুম্বস্তুং মথক থংবা চিনবান্দা অকনবা ময়া পাল্লি। ওক মশোংগুম্বা অকনবা মতু পাল্লি।

খা আমেরিকাদা লিল মৱাংকাইনা ফংই। মপুক্না শিৎতুনা চংপা জীবগী মনুংদা মখোয় অসি খ্বাইদগী চাউবা জীবনি হায়বা য়াই। হায়রিবা লিল জাৎ অসি তুরেন্দা অমস্তুং পাত্তা লৈ। মখোয় অসি মৈতৈর্মদ লাইরেল অচৌবনি হায়নরি। লিল অচোবগী মৱমদা থায়নগী ৱারী কয়া লৈরি। আনাকোণ্ডা কৌবা লিল অসি য়াম্না চাউই। মখোয় অসি ফুট ২৫দগী হেন্না শাংই।



অকুয়োং ( Squirrel monkey )

অদুগা মপূং ফাররবা লিল পাখংনা ফুট ১৯ দগী ২২ ফাওবা শংই। আনাকোঙ্গা চাযবা লিল অসি টচেক, শা মচা, ঙা অসিনফিংবা চাই। মখোয় অসি খা আমেরিকাদা লৈবা গুন্ত্রীর জাৎকী শাগেনি, অদুবু মী চাই চাযবদি থাজনদে।

মপুকনা শিংতুনা চৎপা জীবগী মনুংদা আমেরিকাগী ময়াইদা চুম জাৎ ১স্ত ফংই। মখোয় অসি মশামদগী মকোক ফাওবা ফুট ৬ রেন্না শাংই।

ময়াই থংবা অমস্তং খা আমেরিকাদা য়োং জাৎ অমা লৈরি। মসি আফ্রিকা অমস্তং এসিযাদা উরিবা অদুগুমবা নত্তে। মখোয় অসি য়ামনা পিকই অমস্তং মকোনস্তু য়ামনা লাইনা শাই। মুংথিনদা পোৎথাহনা তুমদুনা লৈ। অহিংদা চখোকই। হৌজিককী পৃথিবীদা লৈরিবা য়োং পুম্নমক মুমিং থোকপা

মতমদা মুংঙাইবা হৈনবা ঙাক্তনি। হায়ৱিবা য়োং অসিদি মদু নত্তে, খৈৱোইমুক্তা চাউই। মমৈ য়াম্না শাংনা পাল্লি, অহিংদা হৈনৈ। মমিৎস্তু মকুগী মতৌগুম্না কোযনা পাল্লি, লাওই, য়াম্না লংই। খ্বাইনা মকুযোং কৌই। মত্রগা খেৱোই য়োংস্তু কৌবা য়াই।

খা আমেৱিকাদা ৱাকারি কৌবা যোং জাৎ অমস্তু ফংই। মখোয অসি মমৈ তেল্লি। অমাজোনগী অশোংবা উমংদা লৈ। মসিস্তু যাম্না পিকই অদুগা মতুদি যাম্না শাংই। ৱাকারি যোংগী মনুংদা থৱদি মমাই লংই, মচু যজবদা ফাওই। মখোযগী মৱক্তা মচু অঙাংবা, অঙৌবা ফংই। অঙৌবা মচুগী যোংনা মমাইদা লাংই। অদুগা মশা পূন্নমক ঙৌই। অঙাংবা মচুগী য়োংনা যেংবদা ফজে, থবাক্কী মচু অদু যাম্না লংই।

খ্বাইদগী চাটবা খা আমেৱিকাদা ফংবা যোং মথল অমস্তু লৈৱি। মখোয অদুবু হাও-লার হাযনা খঙনৈ। মখোযগী মমৈ য়াম্না শাংই, পোৎ পাইবা ফাংবা ঙমই। শা অসিগী থোইদোক চেন্দোকপা মগুণ লৈ মদুদি—যাম্না হৌনা খোং ই। হাওলার হাযবা জাং অসি কাংলুপ-কাংলুপ লৈ। যামদ্রবদা মখোয তরুক্তা বাংলুপ শাই। কৱিগুম্বদা কুন ফাওবা লৈ।

খ্বাইদগী শিংবা খা আমেৱিকাদা যোং জাৎ অমা মফম খুদিং ফংই, মদুদি মমৈ খুজিং-গুম্না কোনশিল্লি। মসি অপিকপা যোংনি, পাউণ্ড ২দগী ৪ ফাওবতা লূমই।

খৈৱোই যোং কৌবা জাৎ অমস্তু ফংই। মমৈ চাউই, মমিৎ লাওই, মনা পিকই, মমাই পিকই। মসিস্তু যাম্না শিংই, খ্বাইগা তিন্ন-তেংনবা যাই। কাংলুপ মচা মচা কোযনা চৎলি। মখোয অসি তীল, কাং, চুম, উহৈ-ৱাহৈ, উচেক মচা অমস্তুং যেকম চাই।

মি-য়োং কৌবা যোং জাৎ অমস্তু লৈৱি। মশাগা যেংনবদা মমৈনা ঙমই, ফুট অনি-ৱোম শাংই। মকোক্তগী মনিং ফাওবুদি মমৈনা শাংই। মমৈনা মখোংগুম্না শীজিন্নবা ঙমই। উদা য়ানবা ঙমই। উহৈ হেকপা ঙমই, মখোং মখুৎনা ঙম্বগুম্না মমৈ অদুস্তু ইৱাই লাইনা ঙমই। মি কৌবা তীলনা মিৱাংদা মনিং-মখা চৌবগুম্না যোং অসিস্তু উগক্তা মনিং তৌই। অদুনা মাগী মমিং মি-যোং কৌই।

তৌজিক ৱাৱম অমা হাযৱক্কে, মতদি—শা, ঙা, উচেক অসিনচিংবগী মৱমদা থৱ মখৈদি মথক্তা হাযখ্রে। মদু অহানবা ৱাখলনি হাযবদি ঐখোয়গী মিংকী মমাংদা চুম্না উবা মখৈনি। তৌজিক শা নত্রগা ঙানা মাগী অনিংবা মতুংইন্না থবক তৌরকপা, চেনবা, চোংবা, শাউবা, ৱাইনবা অসিনচিংবগী ফিভম কয়াস্তু লৈৱি।

# অঙকপা তীল-কাংগী মরম

পৃথিবী অসিদা মশীং লাকডমদবা তীল-কাং কযা লৈরি। মখোযগী মওং মতৌশ্ম যাম্ন খেন্নে। অযাম্বা তীল কাংনা মখোযগী পূন্সি অসি মতম খৱদা মখল-মখলগী শকক্তম ওল্লি। মতুগী মমুংদা শীংথাবা যাবদি কুৱাক, লৈৱানবী, ককচেং অচোবা, তুমিৎ, কাকফে গসিন চংবা। খ্বাঙদগী পিকপ তীল-কাং কযাস্থ লৈরে, মতুদি যেৎতুমগী মতোন্দ তোংতুনা শান্নবা ওমই।




কোবা তিল

তেংজিক ১ নংদা যেক্লিব তীল অসি কোবী তীল হায়বা অতুনি। তেনজিনন উংলিবা অসি যেংউ, খযাৎ মখ, মকোই, মকোক মমিং, থবাক্কী শকক অমসুং পুক্কী শকক অসিনচিংব তাক্লি। অসি নক্তনা তীল কযাস্থু লৈরি চিত্রগা লোযনন। তাক্কনি।

(১) কাজপপী (২) ৱা-শুম (৩) ৱাহোং কুৱাক (৪) শমফোইবী (৫) তীল হিংচাবী (৬) কোবী থিজাবী (৭) মৈৱাম্বী (৮) শু জাও (মাঙ-মৱোং মাংঙনবা শুম) (৯) ৱা-খোই (ৱাদা হুত্তুনা মহুম শাব খোইমু) ১০) চৈশ্রা (১১) চি-শাং তীল (১২) চৱাং-মচা (১৩) তেংনী (১৪ শু-ভুাং (১৫) লোংখক্তিং

১ নং—কাজপপী কোবা তীল অসি মফম খুদিংদা ফংঙ নখোযনা উৱম্বা যাই, হায়ৱিনা তীল অসিগী মমৈদা কাটিগী মতোগুম্না মচিনতুম্বা অনিথক যাওৱি। মসিনা করিগুম্বা মতমদা মানা ওম্বা জীব চপ্তুনা হাংলি। মৱম অদুনা মৈতৈনা মসিবু কাজপপী কোই।




২ নং—বা-শুম হায়বা তাঁল অসি বা-উদা চংদুনা মচিঞ্জাক ওইনে। মখোয়না মশান তোংলিবা বা-উ অদু মাংহন্দুনা মশাগী মাংমনবা হোৎনৈ।

৩ নং—কুৱাক অসিগী মমিং ৱাতোং কুবাক কৌই। মৱমদি মহাক্কী মশাদা ৱতোংগী মতুগুন্না লাংই অমসুং লংই মৱম অসিনা ৱাতোং কুৱাক কৌবনি।

৪ নং—তীল অসিগী মমিং শমফোইবী কৌই। মৱমদি মীওইনগী কোক্তা শমদা তোংলবদি মনা চৎপা মতমদা শম যান্না ফোই মদুদগী মাগী মমিং শমফোইবী কৌই। মসি ৱাগী লুক্রাক মনুংদা নত্তগা উ অকংবা মনুংদা লেগল্লি, মৱম অসিনা মসিবু নোংচূপ লোমদদি টিম্বর মেন (Timber man) হায়নসু কৌই।

৫ নং—তীল অসিগী মমিং চিংচাবা কৌই। মৱমদি য়েংবদা তুক্কচব, অকীবা পোকই, চৈতেক তাবগুমই। লোংজুগা মতম, নাপী যান্না শংবা মতমদা মাগী মচু অসি নাপী মচু মাল্লি। কালেন্দা হায়বদি নাপী মচু ৱাওথাংনবা মতমদা মাগী মচুসু লাংশিল্লি। মৈতৈনা মসি উৱগা মতুপ তরেৎ খেক্লা ককতুনা হাংপ যাওই।

৬ নং—তীল অসিগী মমিং কোবীখিজাবী কৌই। মৱমদি মখোয় অসি তেংগা ফাইদোকপা খিনখিদা তোংডুনা চাবা যান্না পামই। চাবা খেল্লগা খিফম অদুগী লৈবাক মনুংদা চংডুনা লোত্তুনা লৈ। মৈতে মাইবনা কৱিগুম্বদা হানাবা ফননবগীদমক কোবী মখুন্দা খৌ-ঈরাং তৌনৈ।

৭ নং—তীল অসিগী মমিং মৈৱাম্বী কৌই। মৱমদি মখোয় অসি মৈ অৱংবা উবা য়াদে। মদুদা লানখেংনবগী মওংদা চোংশিন্দুনা হেক্তা মগৱাই থাখি। মৈদা লান তৌই হায়দুনা মৈৱানবী কৌই। মীওইবা এখোয়গী পুন্সি অসি মৈৱাম্বীগুম্বনি, হায়বদি তেল্লবা পূন্সিনি অদুনা মতম চারিবৈদা অফ-অফবা থবক তৌগদবনি।

৮ নং—তাল অসিগী মমিং শুমজাও কৌই। মখোয় অসি মহে-মৱোং হায়বদি হৱাই মঙ্গল, চকৱাহ অসিনা চংবদা য়াম্না লৈ। কৱিগুম্বদা যেৌশুখোং ৱাহরু মৱক্তসু লৈবা ডই।

৯ নং—তীল অসিগী মমিং ৱাখোই খোইমু কৌই। মখোয় অসি ৱাদা হুত্তুনা মহুম শাহ। মচু শংমুনে, পাইবা মতমদা ভৱং ভৱং ভংই। মহাক্কা মমু অমা পাল্লিবা অসি শমুগণ্ডা মচি মাল্লি মৱম অসনা ইউৱোপকী মীশিংনা ৱাইনোসৱস বিতল (Rhinoceros beetle) কৌই।

১০ নং—তীল অসিগী মমিং চৈথ্রা কৌই। মরমদি সন্দ্রেমবী কৌবা স্না মচু মানবা তীল অদুগা যাম্না নকনবা কাংলুপনি। মঙ্গা মনা, মাইরেল মনাদা য়াম্না তোংগল্লি। মখোযগী চিঙ্গাকস্ থুঙ। সন্দ্রেমবী তীলগা চাংদম্নবদা মশক য়াম্না থি, অদুনা মাগী মমিংবু চৈথ্র কৌই। সন্দ্রেম্বী চৈথ্রাগী ৱারীস্ লৈরিবনি।

১১ নং—তীল অসিগী মমিং চিং-শাং তীল কৌই। মরমদি মাগী মকোক্তা পাল্লিবা অশাংবা মকোই মানবা অসি মকোই নত্তে হায়নি। অদুনা মসিবু চিং-শাং হায়না খঙৈ।

১২ নং—তীল অসি চরাং কৌই। মসি চরাং মচানি হায়বদি মখোংগী নক্তবা মশা চাউবা চরাং জাং অমত্তু লৈরি মরম অদুদগী মসিবু চরাং মচা, হায়না থপিকপ কৌই। চরাং অসি ঈশিংদা মরুম কোকই, নকনা অদুনা মাইথুম্বী কৌবা তীল অদু থুইরকই। মদুদগী মতম খরা লৈরগা চরাং থন্দুনা পাইথোকখি।

১৩ নং—তীল অসি ঈশিংদদা লৈ, মরু থুইনা পং অমত্তুং পুখ্রিদা য়াম্না ফংই। মশা শানাশ, মথক্তা অকনবা মশা পাল্ল। মতুংদ অগোংপা মশা অনিস্থু য়াওর। মসিগী মামং তেংবা কৌই। অচাংশিনা ফত্তুনা লৌদুনা চাই। চাবদা থোই-দোকপা অমাংবা লৈতে।

১৪ নং—তীল অসি শুমঙাং কৌই। কোইনা পাইবা ঙমই। মচু ঙাংই, শুম হায়ফেং মাল্লি অদুনা মাবু শুমঙাং থোনবনি।

১৫ নং—তীল অসি লোংখজিং কৌই। ঈশিংদা যাম্না লৈ।

চিত্র ১ নংদগী ১০ ফাওবা অসি য়েংউ। অসিদ নত্তনা পৃথিবী অসিদা মশীং লাকচমদবা মখল-মখ অযাম্বা শুঙক-অঙকপা তীল কাং কয়ামরুম লৈরিবনি। মখোয়গী মরমদা মুন্না যেংলবদি মাওইবা ঐখোযনা ফংমনিংঙাই অমত্তুং ওমজনিংঙাই কয়া লৈরিবনি।

নখোয়না চযিংখোই উররিগনি। চয়িংখোইগী নোম্বা অঙকপনি। মৈতৈ অঙলগী পাওবৌ লৈ মদুদি "ককচেং মশিল লৌ খোইমু লাবা মমল লৌ।" হায়বা বতা লৈরি। হায়বদি ককচেংনা নোম্বগুম্না নোম্বা কল্লু। অদুগ খোইমুনা হায়বদি চযিংখোইনা অফবা অচাওবা খোইতি-লৈরিক পূনশিনবগুম্না অফবা বা, কাননবা পোং লৌশিল্লু হায়বনি। ফত্তবা বা, ফত্তবা পোং লৌফদে। অদুনা অঙাংশা নখোযস্ অফবা থবক তৌবা তম্মু, ককচেংগুম্না নোম্ব কল্লু।

# আষ্ট্রেলিয়া অমসুং নিউজিলেণ্ডগী শা-ভা

আষ্ট্রেলিয়া হায়বা লম অসি শা-ভাগীদমক মমিং চৎপা লৈবাক অমনি। মরু ওইনা মখোম থক্তুনা হিংবা জীবগীদমক ফাওই। খুঁইগা মাম্নদবা মওং অমনা, অমোমনা মপুক্কা মখাদা হায়বদি মথাদা খাও লৈ। মতুদা মচা পোক্লগা থমই। মখোয় অসি মখোম থকতুনা হিংবা জীবনি। মমিংনা মারসুপিয়েল কৌই।

অঙাংবা অমসুং উংমানবা কাঙ্গারু অসি লেপখংপা মতমদা ফুট ৫ ৱাংই। অদুগা মচা পোকপা মতমদদি ইঞ্চি অমরোমদা চাউই। কাঙ্গারু অসিগী মথাদা খাও পাল্লি। মচাশিং অদু মতিক চানা চাউদ্রিবা ফাওনা মমাগী মথাগী খাও অদুদা থমই। মচিনতমক ফিন্দোকই। মতিক চানা চাউদ্রিবা ফাওব য়োকই

চহি লিশিং লিশিংগী মমাংদদি মারসুপিয়েল হায়বা জাৎ অসি পৃথিবীদা য়াম্না পাক-চাউনা শন্দোক্লমই। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি আষ্ট্রেলিয়া অদুগা মসিগা নক্লবা দেশ নিউজিনিয়া, খা আমেরিকা, অৱাং আমেরিকা অমসুং ভারজিনিয়া কৌবা মফম অসেদতা ফংলে। অদুগা আষ্ট্রেলিয়াদদি ঈশংগী শরুক নত্তনা মফম খুদিংমক্তা ফংলে মতাং অসিদা অমুক শন-দোক্লদবনা মারসুপিয়েল হায়বা শা জাৎ অসিদি থোইদোকপা মথাদা খাও পানবা শাশিংবুসু খঙনগনি। কাঙ্গারু হায়বা শা অসিমক মারসুপিয়েলগী ধারানি।

অতৈ অতোপ্পা দেশতা, এনটিলোপ, শজি, জেব্রা, লম-শগোল অতৈ অতৈ শা ফংবগুম্ন আষ্ট্রেলিয়াদা কাঙ্গারু কৌবা শা অসি য়াম্না ফংই। ৱাওথাংনবা অমসুং অভাংবা কাঙ্গারুনা খ্বাইদগী হেন্না চাউই। য়াম্না কন্না চেল্লবদা পুংদা মাইল ২৫গী চাংদা চেনবা ঙমই। অদুগা শজি এনটিলোপশিংদি পুংদা মাইল ৫০ চেনবা ঙমই। হায়রিবা অসি গজ ৩০০ ফাওবগী চাংদনি। চোংবা মতমদা য়াম্না চোংবা ঙমদে। অকনবা কাঙ্গারুনা ফুট ৯ ফাওবা চোংবা ঙমই। অয়াম্বনা ফুট ৫গী চাংনা নমই।

কাঙ্গারুগী খুদুংগী মখোং অনি অদু য়াম্না কল্লি, চাউনা পাল্লি। অদুগা খুমাং অনি অদু পিকই অমসুং শোল্লি। মমৈ শাংই, য়াম্না মপাঙ্গল লৈ। মশা ফাওবা ঙাকপা ঙমই। হায়বদি মখোংগুম্না লিংনা শীজিন্নবা ঙমই। শন্না হায়রবদা কাঙ্গারুদি মখোং অহুম পানবা শাগুমই। মমৈনা শোদুনা চুম্না লেপখংপা ঙমই।



১। কাঙারু ২। উচি কাঙারু ৩। ক্লাইং কালাংগার



আষ্ট্রেলিয়াদা ফংবা লেরি-উচেক (লাবা) (Lyre bird)।

অতোপ্পা কাঙ্গারুশিংনা থেবগী মতৌগুমনা চেললি। মোংশোং মরকতা লেখুন্দা লৈ। মখোয অসি যাম্না পিকই, ফুট ২।৩ দা রাংহ। যাম্না পিকপা কাঙ্গাক জাং অম লৈরি। মখোয অদু উচি কাঙ্গারু কৌই। থেবমুক্তা চাউই।

লৈবাক্ত অনম্মং উদা অনিমক লৈবা হৈনবা মৈতৈনা শাগ্রক শামক কৌবা জাং অমা লৈরি। মখোয অসি যোংগা খৈরোহগা অনিনা ওইবা জীবনি হায়বা যই। চোংবা মতংদা উচেক্কী মশৌগুম্ন পাইবমক মল্লি। তপ্পা চংলি, উশাগ মমনা পাইবা ওমই। মমিং ফ্লাইং ফালাংগর (Flying phalan er) কৌই।

অযান্ন শাগ্রক ও মক্র খৈরেই মাল্লি হয়না খৈরোইনা পাইবা মল্লি। অদোম শামক ও গ্রক্তি হৌদোংমুক চাউই। মখোং খুগাং অমম্ভং খুহুং থানগী মরক্ত থপাবা শেকপী নশাংগুম্না পল্লি। মতুনা উ অমদগী উ অমদা চোংবদা যাম্না খুদোং চাই।

আষ্ট্রেলিয়াদা কৌলা কৌবা শওম জাৎ খরস্তু লৈরি, মনাকোং মতু চোমই। কৌলা অসি য়াম্না পিকই, ফুট অনিরোমদা বাংই। মনঙ্গন্দা মচা পোদুনা পুই। লাইবক থিবদগী মতু পামদুনা শওম অসি হাত্তোকপা তান্নবস্তু থোইদোকপা অমাংবা লৈতে। আষ্ট্রেলিয়াদা লৈবিবা মখোম থকতুনা হিংবা জীবশিং অসি অঙকপনি। শেকশিংস্তু মখল অমনি। অসিদা নত্তনা মরুম অনি কোকপা উচেক্কী জাৎ প্লেটিপস অমস্তুং ইচিদনা কৌবা জাৎস্তু লৈরি।

আষ্ট্রেলিয়াগী উচেকশিং অসি অতৈদগী হেন্না ফাওই। মদুগী ০শম্বা হাযরক্কে।

ইমু কৌবা চেনবা য়াম্না য়াংবা উচেক জাৎ অমা লৈরি। আষ্ট্রেলিয়া অসি কাকতুরা কৌবা উচেক্কীদনক মামং চংলি। মসিদা "লেরি" উচেক কৌনা অমা মরাং কাহনা ফংহ। মখোল নুংশিবগী শক্তি য়াম্না লৈ। লাবনা মমৈ য়াম্না ফজনা পাল্লি।

বৌরার বার্স মবাং কাহনা ফংহ। লাবশিংনা চৈতেকশিংনা মহুম শাই। মদুদা ফজবা লৈশিং, মতু ফজবা, অরংবা পোৎশিংনা লৈতেং তৌদুনা মহুম শাই। চুম্না উশা ৱাশাশিংদনা হেক শাদে। মীওহবনা ময়ুমদা ফজনবা লৈতেং তৌবগুম্ন মহুম শাই।

কিউই কৌবা চেনবা যাংবা উচেক অমস্তু লেরি। মাগী মশাদি ( wings ) অস্তুক্কী মতিক পিকই মদুদি পাল্লি হাযবগী কান্নব লৈতে, পান্দবগুমই। মশা পল্লি হাযদুনা নিংথিনা পাইবা ঙমদে। অদুগা লৈবাক তৌদুনা তীল কাং তান্নবগীদমক অমস্তুং মচিঙ্গাক থিবা খুদোং চাননবা মচিন্দি য়াম্না শাংনা পাল্লি।



# পৃথিবীগী উচেকশিং

## ( Birds of the world over )

পৃথিবী অসিদা মশক মওং তোঙান-তোঙানবা, মচু তিন্নদবা শাজৎ তোঙান-তোঙানবা উচেক ৮,৬০০ লোম লৈ। মখোয়শিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা উচেকতি উট-পক্ষী হায়বা



**উট পক্ষী ( Ostrich )**

অসিনি। মসিবু চেনবা য়াংবা মতু মমল য়াম্বা হায়বা য়াই। মঙক অশাংবা অদুগা থাম্নগা লৈবাক্তা লেপথৎপা মতমদা ফুট ৮ লোম ৱাংই। লুম্বনা পাউণ্ড ৩০০ লোম লুমই।

---

THE END